# খঙগনি পোলোইদা



শ্রীনৈতাম্হেম রাম সিংহ

# খণ্ডগনি পোলোইদা

ইজবা

শ্রীলৈতাঙ্থেম রাম সিংহ [হেড পণ্ডিত]

থৌবাল গার্লস এলঃ পিঃ স্কুল,

থৌবাল।



[ মমল [redacted]

ফোঙজবা ঃ

ওঃ কেঃ ষ্টোর

পাওনা বাজার ইম্ফাল।

অহানবা ফোঙবা —

ডিসেম্বর ১৯৬০ ইং

কোপী : ১,০০০

নম্ফম ঃ

বীণা প্রিন্টি ৱার্কস

লবার কৈশামপাৎ রোড।

# ইবুংঙো ইবেম্মা-শিংদা

কচ্চরি চুম্মগী ইচম চম্মবা
"খঙগনি পোলোইদা" হায়বা লাইরিকসে,
লৈবাকী ইবুংঙো ইবেম্মা-শিংদা
অমুক্তং মন্নুং ফাওনা পাবিনবা।

যারোবিন্নু মতীক চাদে খনবিদুনা,
লোবিয়ু মনিংতা ওইবা খুদোম্নি।

শ্রীএল, রাম সিংহ
তাং ৩১।১২।৫৮ ইং

# রাহৌদোক

"খঙ্গগনি পোপোইদা" হায়বা লাইরিক মচা অসি ১৯৫৮ ইংদা "জাং ওনবা" গী অমিশুবা শরুক অমা ওইনা চপ্থজরকপনি। মসি চপ্থজরকপগী রাখল্দি, মতম অমদা লোইবা খম্নাং-চৌংজাওগী ঈশিংখোং লোক্লুং অমদা পাম্ব কৈনা শোঙ্গুনা য়াইবী মথরায় মাঙমিন্নখিবা নবকিশোর, যামিণী অনিদুগী লৈহোবা মপারী নারাদুগী মরমদা লোইবী খম্নাং থাওখুলগী থুম্লাকপনা মতমদুদা পম্মোয় কায়খ্রবগী মশক ওইনা, মপুক মাম্না চুংশা-নুংগুম্না মপুন্সিগী অরোইবা ফিঙ্গাম হোংবগুম ওক্পোংনা পিরাং-পিরেংদুনা। কপ্পুনা খঙ্গখিবা রাখল ঈহৌদুগী ঈচেল ঈপোদু কায়রবদনা মতম চানা চুম্না মপুগী মোংদমখোল ওইবা থৌজালগী লাকপগী মতাংনি

মরম অসিনা নৈরাক্নী ইবুংঙো ইবেম্মা-শিংন পূকচেল চাউবী-দুনা, করিগুম্বদা "খঙ্গগনি পোপোইদা" হায়বা লাইরিক মচা অসিবু মিৎয়েং তাবিরকপা মতমদা পুক্লুংদা থরদং পেনবা পোক্লবিরবদি, থোইদোক্না মথা চপ্থজরকপগী রাখল্দা, কান্নবা মহৈ য়াম্লে হায়না লৌজগনি।

শ্রীএল, শ্যাম সিংহ
তাং ৩১।১২।৫৮ ইং।

# "নৈন ৱাহৈ থৱা"

মাননীয় শ্রীলৈতাম্বেম ৱামসিং হেড পণ্ডিত ; থৌবাল গার্লস এল, পি, স্কুলনা ইবা "থঙগনি পোলোইদা" হায়বা উপন্যাস মচা অসি পাবদা ইচম চম্না উৱবস্থ উপন্যাস অমগী মচাক ইৱাং ৱাংনা উদে। লাইৱিক মচা অসিগী ঈচেল অসি, মতমগা থোইদোক্না চুনদমা উৱবস্থ মতম অমদদি চংনৱমদবা নত্তে। অত্তবু অমুক অমিৱক লীলাগী মওংদা ৎষ্টৈজ তৌখিবদা য়াম্না ফজনা ভাবকশিংনা মিৎয়েং তাবিখি।

শ্রীযুক্ত লেখক্না ইখিবা লাইৱিক মচাশিং ঃ—(১) ৱাখলগী লৈকোল. (২) জাং-ঙনবা, (৩) ছৈয়েং অনৌবস্থ পাখ্রে। মহাক্কী ইডুকেসনেল ক্যালিফিকেসন ইয়াও য়াওজদনা লাইৱিক মচা অমা অনিদং ইজদুনা মণিপুৱী সাহিত্য লৈকোলনুংদা লৈৱাং লৈচল থৱা পুশিল্লকপা ঙম্বসি য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি।

অসুম্না মশাগী অমসুং সমাজগী কান্নবা ঙমজবা থৱদং তোৎনৱম্বা অসি, মীপুম খুদিংনা তমজনিংঙাইনি। মতুংদা শ্রীলেখক্না লাইৱিক মচা থৱস্থ ইৱকখিনি আশা তৌই। হৌজিকমক থুনা "মিৎয়েং অমতং" হায়বা উপন্যাস মচা অমস্থ ফোঙনবা হোৎনৱি, তাৱি। মতমসিদা, মণিপুৱী সাহিত্য প্রেমীশিংনা লাইৱিক মচা অসি অমমমদং লৈবিদুনা পাবিৱবদি, শ্রীলেখকপু থৌগৎপিবা থোক্নি।

অয়োইবদা, শ্রীলেখকপু পুন্সি তোলোইনা লৈতনবিনবা ঈশ্বৱদা প্রার্থনা তৌজৱি।

শ্রীকোনসম গোলাপ সিংহ
এম, এ, বি, টি, হেড মাষ্টার
চাউয়াইমা হায়য়ার সেকেণ্ডরী স্কুল, থৌবাল।
গোবর্ণমেণ্ট ওফ মণিপুর।
তাং ১৩। ৭। ৬২ ইং।

# খণ্ডগনি পোলোইদা

## অহানবা থৌদোক

শরৎ পূর্ণিমা নুমিৎকী ঈংনা ঈচৌক হুল্লবা নোংঙাল্লমদাই অহিংনি। শ্যাম, সখি নুংঙাইনা থোম্নেন য়াতাম্নবা মতম্নি। তাঙ্খাসিদা তাংখুলগী ফিজেৎ-নৈতেংলবা শকওই অহুমথক শ্যামা সখিনা উরম্মী। শকওই অহুম অদুগী অমম্না মখুত্তা লংলবা ভাবাক পায়রবা, মতীক মগুণ নৈরবা তাংখুল হাওব ওইনা উরম্মী, অমনা লুতুং হাওসম য়ানবী, য়াম্না চীং-লেম্নবী হাওনুবী ওইনা উরম্মী। অদুগা অমনা হাওব হাওনুবী অনিগী নুংশিরবা মপারী নাম্বা চহি তরুক তরেৎকী ওইত্রা হায়না খল্লম্মী।

হায়রিবা চেংলৌ শক্তম অহুম অসিনা শ্যামা সখিগী মপুক্লিংদা য়াম্না নুংশি-নুংওনবা পোকহনখিরম্মী। অদুদগী "চাম্নথোইরবা মরুপ শ্যামা! অমদি নুংাশরবী ইচল সখি! ঙসিদি, মতম কুইনগী কাউনা ঈপাক্কা লুপখ্রবা 'পারী লাইবক চাউবসি মতম অমদা মপারী'শীংদা লাঙ্গোনবিতুনা তরা মীরক তিনহনবিয়ু হায়না শিরজগে লাকচবনি। 'পারী পোক্কে ঝাবীনু, মমোমগীস্থু খোইনা য়াইফবা ওইগদ্নি। খোইয়ুম মাগী মোংদম্নি। চচ্চরগে মরুপ! ইচন! মখা অমুক তাজররোই ঝাম্নোবিনু, "খণ্ডগনি পোলোইদা" অমুম

হায়না তাংখুল হাওব অদুনা হায়রকই। অদুগা "নচনগীস্নু মুংশিরবা ইবুং! অমদি খোইনোগী চান্নথোইরবী! ঙসি, মপাঙ্গল মরোশিং লৈজদ্রিবা নপাৱী অপিশক অসি, ইতা অমস্নুং ইবুং অনিগী মফমদা শিন্নজরম্নবনিকো, তাইবং লাংওন নত্ত্রবনা মফম অসিদা কুইনা খোঙদাবা য়াদ্রে, ৱারোবিস্নু চচ্চরেকো খোইনোগী ইতা! ইবুং!" অস্নুম হায়না হাওন্নুবী অতুনস্নু হায়রকই।

হাওব হাওন্নুবী অনিগী মুংশিরবা মৱাহৈ কয়ামক্নুম অতুদা শ্যামা, সখি খঙহোদনা পিরাং-পিরোইনখিরম্মী অমস্নুং মপুন্সিগী কাউঙম্মরোইদবা থোদোক অমা ওইনা থোকখিরম্মী। অদুদগীদি মঙাল মশা ওইনা হাওব, হাওন্নুবী, মখোঙ লৈবাক শোক্লিং শোকমাং, মৱী মৱী অদুম চৎখিবগুম তোৱম্মী। মতম অদুদা শ্যামা, সখি তাইবং মংফাওনরক্লে অমস্নুং খুদক অদুমক্তদা তফিং তফিংনা শ্যামা মপান্দা চেন্থোরক্লুনা "মরুপ নবকিশোর!" হায়না য়ান্না ঙক্লা কৌখিরম্মী। অদুগা সখিস্নু ইমুংদগী "খোইমোগী ইতা যামিণী!" হায়না কৌরদুনা চহি অনিরোম হায়রক্লবী মমোম কুমারীবু মথাদা চেংনা কোল্লগা থোরকলম্মী। অদুগা শ্যামা সখি অনিমক য়াম্না ঙকচানবগী মিৎয়েংনা কোইয়েং কোইয়েং য়েংলম্মী। অদুদগীদি, শ্যামানা "আই করিবোনে সখি! হৌজিক্তা মাঙসিদা লেপ্তুনা "'পারী পোক্তে ৱাবীন্ন, নমোমগীস্নু থোইনা য়াইফবা ওইগনি" হায়না হায়রম্বা মরুপ নবকিশোর অমদি যামিণী অদুগা মপারী নবা! অদুদগী ঙসিদি, মতম কুইনগী কাউম-ঈপাক্তা লুপখ্রবা 'পারা লাইবক চাউবাস, নপারী'শীংদা লাঙ্গোনবিদুনা,

মতম অমদা তম্না মীরক তিমহনবিয়ু হায়না শিন্নজগে লাকচবনি, "খওগনি পোলোইদা" খোইয়ুম মাগী মোংদম্নি, চচ্চরগে চান্নখোইরবা মরুপ! অমদি মুংশিন্নবী ইচন!" অস্তুম হায়নসু হায়রম্বা, অদুগা কদাইদা মাঙখ্রবা!" হায়না হায়রকই। মদুদা সখিসু "অহোই ঐসু পুমণক ঙকখ্রে, করি মতোনো হৌজিকদুবু? অদুগা মখা থোইনা তাজরোই, তাইবং লাংওন নত্ত্রবনা মক্ষমসিদা কুইনা খোঙদাবা য়াদ্রে। চচ্চরগে য়ারৌবিন্দু খোইনোগী চান্নখোইরবী!" অসিমসু হায়রম্বা। অদুদগী স্বাই হেক্কা মাঙখিবা! মসিবু?" হায়না হায়রকই।

মতমসিদা শ্যামানা চায়রকই:—"উম্ সখি! হৌজিক কাওবা ঐদি মঙনি তায়বা করিমতা পুক্লিংসিদা থাজবা লৈত্রি," অদুগা সখিসু "অহোই, ঙসিগী মঙলান অসিবু ঐখোইগী তুংগী পুন্সিদা করিবু থোক্লগে হায়রিবা!" অস্তুম্না ফোংদোরকই।

মতাং অসিদা, শ্যামানা ভাইহাক্কুং খন্থরগা "মসি করিস্থ মত্তেদা সখি! নবকিশোর যামিণী মখোই অনি অসি পিশক নীক্লিবৈদগী নং ঐগা য়াম্না নুনা মুংশিনা তিন্নরকপা, অদুদগী চহি কুম্নাং তরাম্নিথোইরোম চুপ্না মাঙলুরবা তুংদা অমুক "লোইবী থম্নাং চীংজাওদগীনি, তাংখুল জাতীম্নি" হায়দুনা নোংমা য়াওশংগী পেচকারি মুমিত্তা ঐখোইগী য়ুমদা ঈশিং থক্কুনা পোখাখিবা, মতমদুদা উখিবা শক্তমশিং অদু ঙসি নং ঐগী মংদা চুম্না অমুক উবা ওইবা তাইদা," চায়না চায়রকই। মদুদা সখিনা "অহোই মতসু ওইবা য়াই। অতবু ঐদি মপোইবু ইপুক্লিংদা য়াম্না মুংশিবতুম

পোক্লুরে। অদুগা মতুংগী করিগুম্বা থৌদোক অমগীদমক মঙতোকপু ওইনা পীরন্বিত্রা হায়নসু পংথলবু খল্লুরে।" হায়মা খুম্নকই। অদুদগী অরোইবদা, শ্যামনা হায়রকই:— "উম্ হোয় মসি অমরোমদা, খোইয়ুম মাগী অঙকপগী মশক ওইরবা পোলোই 'থৌজান্নিবু খনগদ্রা', মপুগী করম্বা মোংদমখোলবু ওইরিগবা? মক্রগা অচৌকপা অহিং লাইরেম্বীগী করি মথি কোংলকপগী লাংগুমবু উৎলিবা! পুম্নমক মপুগী য়াইফ-থৌজাল ভাক্তা ওইয়সনু।" অসি মঙাই ঐখোইগী হায়ববু সখি! করি হায়বগে? চংঙসি।" অদুগা সখিসু "অহোই ফনি" হায়না পাউখুমজৈ।

মতৌ অসুম্না অহিং তাইবংদা শ্যামা সখি অনিগী মপুন্সিদা য়াম্না অঙকপগী থৌদোক অমা ওইরবা, মঙ-হাগী বাবম কয়াবুক্কী মরীদা ভাইহাক বারী বাখোঙমরম্নগা ইমু দা তম্না অহুম চঙমিম-মখিরম্মী। অদুদগী চৌক্লবা অহিংগী মালং অতিয়া অদুদা ভাইহাক্কুং মেঙনা মিরবা ইশৈগী ঈপোম খজিক অমসু হৌখি। মদুদি, অসুম্না:—

"খম্বগনি পোলোইদা মোংমদি,
খোম্লেন তুমথুল তাল্লুরো;
খোইয়ুম মাগী থৌজালবু
করম্বা লাংওম ওইবগে?"

---

## ২শুবা থৌদোক

লমদা থানি, অনৌবা য়েন্নিং হুল্লকপা মতম্নি৷ মুংশিন্নবা হৈনম লৈনম চেল্লবা, হৈকোল লৈকোল কয়ামরুম্না য়েংবদা পূক্নিং হুনবগী মশক ওইনা ফজনা লৈতেংশিবগুম শল্লবা অমদি উটৈ বাহৈ চুম্না পাল্লবা, উপাল বাপাল থিবিক্লা উবদা, মিংথিন্নবা উয়োক বায়োক্কী পান্দমদোনা শুক্লা মংনা থৌগল্লিবগুম মিঙলবা; থোইদোক্লা কবো মীয়বাক লমদমগী নক্লবা শুমদাই ঙমথৈ ওইন্নিবা, য়াম্না বাং-চাউখ্রবা লোইবী খল্লাং চৌংজাওগী ওম্লবা চৌংমায় মাপোম অমনি।

ছায়ন্নিবা চৌংমায় মাপোম অসিদা, মোংমা মুংথিল পুং মন্নিয়োম তায়কপা মতমদা "তাংখুল জাতী" ওয়না শক খঙনরবা চৌংমী বেঞ্চামৈ, অংখুবাম অমসুং চৌংলেম কৌবা নিপা মচা অতমথক্লা মথুক্তা য়োংপাক অমমম পায়দুনা মপানাৎ মপুনাৎকী ওইবা শিন্দম শিন্থা হৈনবা, মছাপুম্বা হুমাং তুখোঙ চেন্না "হৈ হোই হে" গী ললাউমা ছৈহৌবা মথাগী বাহৈ খন্নসি শিনবাংনবা ইশৈ-ওইনা শক্ল শক্লদুনা য়াম্না মথবায় য়াওনা পাম্লৌ য়াল্লম্মী।

**ইশৈ**

হৈ হোই হৈ

হে হোই হৈ।

ওসি কোয়ৌ মুমিত্তা

লোইবী পাম্বু য়ানবদি,
খন্নাং চীংমায় নাপোমদা
লমজীং মৈরা পীসিকো
ভুংগী পুন্সি লমদাংদা
চীংমী 'খোইগী ইরমদা।

মতৌ অসুম্না পাম্নৌ য়াল্লম্বদগী বেঙ্গামৈনা "ভাইখো ভসি, ঐখোইগী খুৎলং পাম্নৌ য়ানবসি ভাইহাক্তং হুমাং হন্দোকখসি" হায়দুনা মখোই অহুম্মক ভাইহাক বাংলেন্দং অরা পোথাশরম্মী। মতমদুদা মখোই অহুম্না চীংমীগী পুন্সি, মতৌ করম্না লেনগদগে অমদি লাইরিক-লাইশু তম্বগী করম্না লম্বীদা চম্থগদগে, হায়বগী মরীদা মথং মথং ওইনা মখাগী বারী-বাখোঙ কয়ামক্রমসি তৌনরকই। পূকচেল খোইজেল অমতা ওইবগী মওং মতৌমি।
বেঙ্গামৈ—ঐখোইবু ক্লাস সিক্সতি পাশ তৌরে অদুগা মখা তমথনবগী বাকমদি কদাইদা অমুক কৈদোবা?
অংখুবাম—উম্ ঐখোইগী কসোম খন্নাং চীংজাওগী লমদম অসিদদি মখা অমুক তমথনবা স্কুল লৈত্রে। অদুনা ঐখোইগী পুন্সি অসিবু লোইবী চীংমায়দা পাম য়ান্দুনা অসুম লেল্লগদ্রা? ওন্থোক্রা তোশখ্রেদা।
চীংলেন—হুম কদাইদগী অসুম্না অসুক বানা তোনবা পুন্সিদা লেমবা য়াগদগে? মুংভাইতে ঐসু বাকমসি হৌদোক্কে খল্লখনি। লাইরিক তম্বা তোকপা য়াদে। ঐদি অা খোৌবাল হায়স্কুলদা চত্তুনা হেক্তা তম্লুগে হায়বনি। মতুদা লহাল মখৈ ইপানম্বু য়াম্না হরাও হয়াওনা তমগদবনি হায়না

য়াবিরি, অতুনা ঐখোই অহুম্মক য়াম্নবদি, পূম্না হেক্তা তমমিন্নরুসি হায়ববু করি হায়বগে ?

অংথুবাম—উম মতু কৈ, ঐস্তু হেক্তা য়াওগনি। লাইরিক থম্না তমহৌদবা য়াদে। পামস্তু য়ানগনি, ইমাৎনি। অতুগা লাইরিকস্তু তমগনি, ইহৈগীদমক্তি। ঐখোই চীংমী ওইরবস্তু তুংগী চাওখৎমবগী লম্বীদা য়াম্না কান্নবা, অফবা ওইগনি।

বেঙ্গাচৈ—অং চুম্মি, পামস্তু য়ানগদবনি, ইহৈস্তু তমগদবনি। অতুগা ঐগীদি ইস্ফালদা তমলুগে হায়রিবনি, মতুদা ইপানদি উখ্রুলদা চৎত্তুনা তম্মু হায়রি। য়াম্নবদি, ঐস্তু থৌবালদা তম্বা য়ানবা ইপাগী ময়াথ' নিগে।

চীংলেন—য়াম্না ফরে, ঐখোই অহুম্মক লাইরিক থবায় য়াওনা তমগদবনি। আ বি, এ; এম, এ ফাওবা ওম্নবদি তমথনবা হোৎনগদবনি। ঐখোই চীংমী শংগীদমক্তি লাইরিক তম্বগী লম্বীদা হৌজিক্কী সরকারনস্তু য়াম্না তেংবাংবি হায়না তায়। মসি ঐখোইগী থোইদোক্না লাইবক ফবগী বাফম্নি।

অংথুবান—চুম ফরে অতু ওইরবদি, ঐখোই অহুম্মক লাইরিক নিংথিনা তমগদবনি। চীংগী ইরমদম অসিগী চাওখৎনবা শেমগৎ শাগৎপগী মায়কৈদা ঐখোই অহুম্না লমজীং মাঙ থাবা ওম্নবা হোৎনগদবনি।

চীংলেন—ফরে য়াম্না নুংঙাইরে খল্লুবদা। ঐখোই করিমত্তা নিঙ-হম্নগুমসি। থবায় হকচাং য়াওনা পুন্সি মহৈ য়াম্নবা থৌরাংসি। চীংমী ঐখোইগী অবাবা কোকহনসি।

বেঙ্গাহৈ—ফয়ে অদুদি, য়ুমদা হল্লসি মুমিৎসু তাশিল্লক্নে।
চীংলেন—অংখুবাম—ফয়ে হল্ল'স। ঙসিদি, য়াম্না মুংঙাইবা মুমিৎ
অমদুম ওইয়ে।

অসুম্না বায়েপ তানয়দুনা তাংখুল হাওব চীংমী নিপা মচা অদুম্মক ময়েংবান্দা য়োৎপাক লেংথোং হাইগৎলগা ময়ুম মায়কৈ পাংনা অঙম্বা চীংলম্বীদা হনমিন্নখিবা মতমদা, তাম্না চীংমায় পাম্নো-য়োমদগী মালং ঈপোমলক্না মথাগী বায়োল কয়ামরুম অসিসু মিরবা ইশৈগী খোম্থাং ওইনা মখোই অদুম্না তাখি অমসুং মদুদা ইঙক ঙক্নখি। মতম অদু খম্নাংগী চীংমায় নাপোম'পূম্বা অমম্বনা থম্না কুপশিনবা হো খরম্মী। অদুগা ইশৈগী ময়োলশিং অদুসু অমম্বা লাইয়েম্বীগী ছেহোঙুম অমম্বদা অদুম্মক তিমখিরম্মী।

**ইশৈ**

পোইরৈ তম্পাক কুমদুনা
হাওব নহৈ তম্বদা,
তমগী লৈরাং চিল্লুকো
'পূক্নিং তুজুং হয়াওনা।
পুন্সি লৈপুন ওইনিকো
মপু মাগী থৌজান্নি।

কোয়ৌ নেংলেম অমদা,
অবা পন্দোল লোম্নমদাই
খোয়ুম চীংবুয়োই থুংলনি
হাওব মমাঙ মক্তদা,
বায়েল বিচার' লোইশনদা
লম্নেন মৈত্রবাক লমদমদা।

হায়রিবা ঝাংলেন অদুদা
পাম্বী পুম্বি খঙগনি
থম্মোই' পিম্নাং পিহৌনি ;
মুংশি পোৎলূম ফাগনি
অমৌবা লাংওম শক্তমি
তম্মুম্নোই 'শীংদা চনগনি।

× × × × × × ×

অদুদগী মতম ইকুই কুইদনা লোইদাম থাথায় অমগী মমুংদা মোংমা চীংলেন, অংথুবাম অমম্মুং বেঙ্গাৈম অহুম্মু পূকচেল চাউরবা থম্নাং' খুল্লাকপনা মৈতৈ তম্পাক্তা পুথরক্লনা থোংবাল হায়স্কুলদা ক্লাস সেভেন্দা মামং চনবিয়ু হায়না হেড মাষ্টরদা হায়জখি। মদুদা হেড মাষ্টরনস্তু তরাম তরাম য়াম্না হরাওনা য়াবিখি। অদুগা মতমদুদা চীংলেনবুনা খুল্লাকপগী মচামক্লি হায়না হেড মাষ্টরদা খঙহনখি। মুমিৎ অদুদগী হৌনা চীংলেন, অংথুবাম বেঙ্গাৈম অহুম্মক হায়স্কুলগী বোর্ডিংদা লৈদুনা য়াম্না মথরাই য়াওনা য়াওনা লাইরিক তম্নখি।

—

# তঙ্গবা থোৗদোক

মণিপুরগী অনিশুবা সহরগী মতীক চাবা মঙাল কংলে হায়নখিবা পোইরৈ থৌবাল লমদম্নি। অচৌবা মোরে, ব্রহ্মা লম্বীনি, চাউয়াইমা হাইস্কুল য়ৌরমদাই সোয়োক্নি।

মতাং অসিদা, চাউয়াইমা হাইস্কুল হায়বা অসি, ইমা নোংপোক পান্থোইবীগী থেন ওইবা চীংমায় নাপোম থক্তা য়াম্না চীং-লেম্না ডাঙ্গরিবী অমসুং মহাক্কী য়াইফ-কোলোই মিংচৎপু ওসি, ভারত শিন্থুংনা "থৌবাল চাউয়াইমা হাইস্কুল" হায়না মীপুম খুদিংমক্না মিংলেন্নরিবা নিংথিরবী হাইস্কুল অমনি। অদুগা থোইদোক হেনদোক্না মচৌশাগী অমদি খুংশেমগী মরমদা নাংদম্নরকপদসু ভারত ইমাগী তোমথিল ওংবা মমোমশীংদা শংথারবী মণিপুরগী মৈত্রবাক লমদমদা হম নোংপোক পান্থোইবীগী মছাইকোন ওইজারবী লম্লেন, লোইবী চীংমায় থক্কী লমদম মচেৎ খরসি, পূক্নিং শুমহৎনবগী মশক ওইরবা শিল্লংদগী অরাৎপা কারমতা হায়নিংঙাই লৈতনা ফজখ্রবা চীংমায় নাপোম থক্কী ঈংন নুংশিরবী চীংলাইবক্নি।

হাইস্কুল কানরকপা মতম্নি। চাউয়াইমা হাইস্কুলগী মেট্রিক টেষ্ট ইকজামিনেসন হায়দোক্কদোরিবা নুমিৎনি। ছাত্র ছাত্রী ময়াম অমদি ওঝাশিং হাইস্কুল কানরক্নি। মরক অসিদা ছাত্র কাংবু অমা টেষ্ট ইকজামিনেসন রিজল্টকা রাফম্নচিংবদা নুংঙাইরবা রারী-রাতাইগী মথল মথেল কয়ামরুম শানরকই। মথোইনা

ঙাংন-শানবকপা ৱাৱী ৱাতাইগী ৱাকম পৱেং মখাদা নিংথিনা মথং মথং চথৱক্লি। মদুদি ঃ—

ৱাবৈ—থাবল বাবু! ঙসিবু ঐখোইগী মেত্রিক টেষ্ট ইকজামিনেসনগী রিজল্ট শোয়দনা হায়দোক্কনি হায়ৱনে?

থাবল—অহোই ৱাবৈ বাবু! ঙসি, শোয়দনা হায়দোক্কনি হায়তুনা লহাল ওঝাশিংনা হায়বীথিবদুদি। [মতমসিদা কুমারীসু য়ৌরকই] ও, সিষ্টরসু স্কুল কাবিরক্লেদনা।

কুমারী—অহোই ব্রদর, কাজরক্লে। ঙসি ঐখোইগী মেত্রিক টেষ্ট ইকজামিনেসন হায়দোক্কনি হায়নবদুদা ঙস্তা হেক্তা লাকচরবনি। অ, ব্রদরখোইদি স্কুল লেঙবিরোইদ্রবে?

ৱাবৈ—অ, চচ্চনি সিষ্টর, ঐখোইদি চাক ফাঙবা চাজরক্তে; ঙসি মেত্রিকী টেষ্ট পরীক্ষা হাযদোক্কান হায়নবাসিদা। অদুদা ঐগী মিংবু য়াওরকদ্রা, য়াওরক্লোইদ্রা ঐদি হায়বা ঙমদ্রে। অ, মসি সিষ্টরদি মুন্না খঙবিরম্বসু য়াবে থাবল বাবু।

থাবল—হঃ হাঃ হাঃ.........খিৎ তৌরম্মুদা ৱাবৈ বাবু। পরীক্ষাদা ঐনা য়াওরগা পাশ ফেলগী ৱাবু মীনা খঙগদ্রা? করি হায়বগে সিষ্টর? তাবদা মসিবু নোক্লিংদ্রা?

কুমারী—অগোই চুম্মি ব্রদর। নচনগীদনি মুংশা থিজরিবা, ব্রদরখোইগীদি শোয়দনা পাশ তৌরকপা মশানা তাজবনি।

ৱাবৈ—অ, ঐনদি য়াম্না মরম ওকপা অফবা ছাত্রনিনা ইথা থাজবা লৈখিদ্রে। অতুদা হেক্তা হায়জবনিমা, ৱারৌবিনু সিষ্টর।

কুমারী—হাঃ হাঃ হাঃ.........করিগী ৱারৌগদৌরিবনো ব্রদর।

য়াম্না নুংঙাইজরে, ত্রদরতুম য়ারৌবিন্নু [ মতমসিদা চীংলেন অংখুরাম লাকমিন্নে ]।

থাবল—ও সিষ্টর অনিস্নু লাকপীরেদমা।

চীংলেন—অহোই থাবল বাবু ; লাকচরে।

অংখুরাম—অ, থাবল বাবু! বোর্ডিংদা লৈবগী পুন্সি অসি ওস্নোক্ল। নুংঙাইজখ্রে। অহ্নবু ইছা ইছামা খোং থাক্লুমা চাননবা হোৎনরিভৈদা হেক্তা থেঙদোকখি।

চীংলেন—য়াবৈ বাবু! ঙসিবু ঐখোইগী মেত্রিক টেষ্ট পরীক্ষা শোয়দমা হায়দোক্রনে ?

য়াবৈ—অহোই মিষ্টর, ঙসি শোয়দমা হায়দোকনি হায়দুনা সিষ্টর কুমারীখোই ময়াম লাক্লরিবসিনিদশা।

কুমারী—অহোই ইবু! পাবুংনস্নু ঙসি শোয়দনা হায়দোকনি হায়।
[মতাংসিদা চীংলেন, কুমারী অরোনবা মিৎয়েংদা লোন্না খোইরুম মোমোন তৌনখি ]।

থাবল—উম্ ঐখোইগী ওঝা হেড মাষ্টরনবু ঙসি শোয়দমা হায়-দোকনি হায়রবদি শোয়ররোই।

[ মতমসিদা হেড মাষ্টর শ্যামা লাকই। ময়াম্না খুরুম্মী, শ্যামা ওকই ]।

শ্যামা—অ, কুমারী! অশংবীখোইদি লাক্লিব্রা ?

কুমারী—লাক্লি পাবুং। লাকনিদি হায়হোই।

শ্যামা- উম্ ফরে ফরে।

অংখুরাম— ওঝাবু! ঙসি ঐখোইগী টেষ্ট পরীক্ষা শোয়দমা হায়-দোকপীগদ্রা ?

শ্যামা—উম্ ঙসি শোয়দনা হায়দোক্নিদা।

[ হেড মাষ্টর চৎখি। কুমারী ইন্নখি। ]

রাবৈ—অ, মিষ্টর মিষ্টর চীংলেনগা সিষ্টর কুমারীগদি ফাষ্ট´ সেকেণ্ডদা শোয়দনা লাকন্নিদা।

থাবল—অদুবুদি মশানা তাজবমি। ক্লাস সেভেন্দগী হৌনা ফাষ্টতা ওইদুনা লাকইবা মিষ্টর চীংলেন্নবু ফাষ্ট´ ওইদনা কনানা ওইগদগে? অদুগা সিষ্টর কুমারীস্থ মহৌশাদগী সেকেণ্ডসি মাগী শরুক ওইদুনা অদুম ফনা লাকচরিবনি। করি হায়বগে মিষ্টর অংখুরাম?

অংখুরাম—অহোই অচুম্বনি থাবল বাবু।

চীংলেন—য়াম্না থাগৎপীরেদা ঙসিদি, ঐবু ময়াম্না। য়াম্না মুংঙাইজরে।

থাবল—ফরে ঐখোই ঙম্নমক টেষ্টপুদি শেয়দনা পাশ তৌনিদা। অদুগা মিষ্টর অনিবু ফাইনেল য়ৌদ্রিফাওনবু অস্থুম লৈবিগদ্রা, ইখুল চৎপীগদ্রা?

চীংলেন—থাবল বাবু! ইখুলসি ফাইনেল লোইরগা চচ্চরগে। ফাইনেল য়ৌদ্রিফাওবসি মরক মরক্তা ওঝা হেড মাষ্টার-গীদা চত্তুনা ওঝাগী সজেসন খরা খরা লৌজগে। থাবল বাবুগা রাবৈ বাবুগদি ওঝাগী মনাক্তা লৈবিবনিনা য়াম্না লাইবক ফখ্রে।

অংখুরাম—থাবল বাবুগা রাবৈ বাবুগস্থ মরক মরক্তা খরা খরা উমদুনা তানবস্থ পামজে।

রাবৈ—ফনি মিষ্টর, উনসি, তানসি, ঐখোইস্থ পামজে।

থাবল—ফয়ে অদুদি স্কুল য়োনবা লেংঙসি ঙসি পরীক্ষা হায়দোকপগী রিজণ্টসি সিষ্টর কুমারীনা হান্না খঙখিবা তারে।

অংথুরাম—হঃ হাঃ হাঃ.........খংজসমু কৈদৌগে থাবল বাবু।

অসুম্না মখোই মরিমক অদু মোক্ল-নোক্লদুনা ব্রহ্মা লম্বীগা হেক তাইনবা অঙম্বা চীংমায়দুদা থেক্না কোইমা, পাখঙ মখোক কারকপগী লৈজবা মথৌনাদু উত্তুনা লোইরোই খুররবা লম্বী মচা অমগী মতুং ইন্না খোঙলৈ থুনা পরপ পরপ চীংথক, চাউয়াইমা হাইস্কুল তম্না কাখৎখি। মতমদুদা চীংদোল অমসুং চীংখোঙ চীংয়াদগী অউবা ছাত্র ছাত্রী খরসু মখোইগী ঈরাং মতৌ মওং অদুদা খুবাক প্রোক প্রোক খুরকপা য়াও অমদি হুই খোংলকপা য়াও তৌদুনা ওরাও-নুংঙাইবগী ময়াই কাররবা ঈথক-ঈপোমদা তাউনখিরম্মা। মতম অসি, স্কুলগী এসেমব্লী পেরিওট য়োরমদাইগী পুংজানি।

---

## ৪শুবা থৌদোক

শ্যামা সখিগী ময়ুম্নি। মোংমা, মুংথিল পুং মরিরোম তাররকপগী মতম্নি। লমদম্না "কিয়াম সিফাই" কৌবা লম্নুংশিনি। হায়রিবা লমদম পোইরৈ অসি, রাইথৌ চীংগোল পরেংগী চীংছা, তাংজেং নিংথৌগী উগাল পোকপী চীংমায়দগী খঙ্কিক হাইথরকপা সোরোক্কী নাক-ায়েত্তা চুমথ্রং খুলশাং ওইনা কাগুপ তাবা ফজবা লম্লেন অমনি।

মাঙ্গোন্দা টেবল চৌকি তরু তরুনা থাদুনা লৈ। লাইরিক থবরনচিংবা থম্না টেবল মথক্তা খম্নি। টেবল ক্লাক অমস্তু থিল্লি। শ্যামা মক্কি-মরোল শেক্তুনা মুমিদাংরাইরমগী রাকিং চৎনবা থৌরাংলি। সখিনা শমজেৎ মিংশেল খোঙউপ্নচিংবা পুথোরক্লুনা হৌশবী সেবা নিংথিনা চথৌরি। মতমসিদা মচা মুপী কুমারীনা ইমুংদগী সনাবুল অমা পায়দুনা থোরকই। অদুগা মপাবুংদা রারম থরদং হংজৈ। মপাবুংনস্তু হরাও হরাওনা খুম্বি। মদুদা মমা সখিস্তু অদুম মরক মরক্তা ময়াওই। মদুদি অস্নমা :—

কুমারী—পাবুং! সম্মরভেকেসনগী ছুটি ঙসিনা লোইরবা নত্রা?

শ্যামা—উম্ ঙসিনা লোইরে ইবেম্মা, হয়েংদগীদি স্কুল কারগদবনি।
করি হায়নিংবা লৈবগে?

কুমারী—অ, পাবুং! ঐথোইগী মেত্রিক্কী পরীক্ষাবু কৈদোঙৈ হায়দোক্কনি হায়বগে?

শ্যামা—ভয়াংদি, ভসি হয়েংসিদা হায়দোক্লবা য়াই হায়না নিউজ পেপরদা ইরকই। পাবুংনা হোরেল বাজার থোকপদা য়েংভক্কে ইবেন্মা।

কুমারী—হোই হোই পাবুং, অমুক্তা য়েংবিরকউ। অদুগা য়ারবদি, নিউজ পপরদু পুবিরকউ।

শ্যামা—হোইদ-হোইদা পুরক্কে।

সখি—অ, ইচাসিদি, হায়বু হায়দোক্লবদি মংগী পাবুংমা হোরেল বাজারদগী শোয়দনা অতুম খঙলক্কনিদা। নিউজ পেপরদা রোল নম্বরনচিংবা রিজল্ট পুম্নমক য়াওরক্কনিদা।

কুমারী—ইমা! ঐদি য়াম্না ভাইভমত্রে। তানিংবনা পূক্নিংসি য়াম্না লাংতক্লরে।

শ্যামা—ইচাসিদি ভসি হয়েংসিদা শোয়দনা খঙলনিদা। ইচাগী মিংদুতা য়াওরকপা ওইসনু।

কুমারী—হোই পাবুং। ঐদি পাশপুদি শোয়দনা তৌরক্কনি নিঙই। ফনা নিংথিমা অনসার তৌখি খল্লি পাবুং।

সখি উম্ হোই হোই ইচাবু পাশ তৌরক্লবদি ইমাস্না মংগী পাবুংস্না য়াম্না হরাওদোরিবনিদা ইচাগীদমক।

শ্যামা—য়ারুন্নুদা ইচাসিদি, শোয়দনা পাশ তৌরক্কনিদা। চৎলো চৎলো ইচাগী ঈশিংথুম শোকউরো চৎলো।

কুমারী—হোই হোই পাবুং, শোক্লুরগে। [ কুমারী পুখ্রিদা ঈশিং শোকপা চৎখি ]।

সখি—খঙত্রে ইচাগী মথবায়সি অমুকস্না হরাওই, অমুকস্না বায়,

মসিদা ঐস্থ পুক্লিংসি মুংনাংবা পোক্কবা ওমত্রে।

শ্যামা—পাশপুতি শোয়দনা তৌনিদা। দিত্তিজনগী য়াদবু কয়ম তৌরক্কদগে, মতুদি হায়বা ওমত্রে।

কুমারী পাশতবু ওইরক্লবদি মুংঙাংনি থঙ্গরিবনি ঐগীদি।

শ্যামা—করিমত য়াকুমুদ, পাশতি শোয়দনা তৌরক্কনি ঐমা থহই।

[ মতমসিদ থম্নাংগী থুল্লাকপা চৌংলেনগা লোয়নন লাকমিয়ে। অদুগা হৈ-র অথুম অহাও লফোইনচিংবা থয়স্থ য়াওরকই। ]

চৌংলেন—থুরুমজরি ওঝাবু!

শ্যামা—উম্ চৌংলেন। এঃ ইপা থুল্লাকপা নত্রা?

[ শ্যামামা থুল্লাকপদা থয় ওক্লা য়েংই। ]

থুল্লাকপা—অহোই মাম্নি মাম্নি ইচা মুপা, ইপা থুল্লাকপনি।

[ সখিন ফিদা থাই। মতাংসিদা থুল্লাকপা অমস্তুং চৌংলেমা হৈ-রা, অথুম-অহাও লফোইনচিংবত্থ পুথোক্কুনা শ্যামাদা কৎলি। ]

শ্যাম—আঃ মুংশিদ, মতম কুইনা উথিত্রবা থম্নাং চৌংজাওগী ইপা থুল্লাকপনি লাকইবসে সখি।

সখি—ওঃ চৌংলেনবু পোকপা ওইবিয়েকো ইপা থুল্লাকপা।

থুল্লাকপা—অহোই মাম্ন ইচা মুপী। মনাই চৌংলেনবু পোকচবা মনাই হাওব থুল্লাকপনি।

শ্যামা—অ, ইপা থুল্লাকপ! করি থবক্তী লাকপীবনো? অদুগা ওসিদি অথুম-অহাওগস্থ য়াম্না পুবিয়ক্লেদা, করিগী অস্তুক য়াম্না পুবিয়কপনো।

থুল্লাকপা—ইবুংঙো ইচা মুপা! মুংশিজত্থনা শক্লক থয়দং তমজবনি।

ইপাগী পান্নৌদগী হেক্লকপনি। অদুগা ঙসি ইপানা য়ৌরকপদি, ইবুংঙো ইচা মুপাগীদা লাকখিদরসি মতম চহি কুমজা মরি মঙাখোম শুক্তিল্লক্লেদে। অদুগা মনাই মচা চীংলেনসু পরীক্ষা হায়দোকপা মতম ওইরে, ওঝা অমুক্তং থুরুম্মুসি হায়দনা হায়। মদুদ য়াররদি, মতম চারে, শিন্নফম থওনা নমাইবু শিন্নজক্লরগে হায়দুনা ইপা লাকচবনি।

শ্যামা—উম্ য়াম্না নুংঙাইরে ইপা! নচাখোইগী মেট্রিকী পরীক্ষাসু ঙসি হয়েংসিদা শোয়দনা হায়দোক্লক্কনি হায়না তাবি। তাম চারে ইপাসু য়াওনা লাকপীবা মচা চীংলেন্দি পরীক্ষাসু মিংথিনা পাশ তৌরক্কনি নিঙই।

চীংলেন—ওঝাবু নমাই ঐখোইগী মেট্রিক পরীক্ষ হায়দোক্লে। নিউজ পেপর অসিদা রিজল্ট লোইনা য়াওরে।

[ চীংলেন্না হয়াও হয়াওনা শ্যামাদা নিউজ পেপর লানশিল্লি। ]

শ্যামা—ও, ঐখোইগী স্কুলগীদি কনা কনা পাশ তৌরে?

[ নিউজ পেপর য়েংই। ]

চীংলেন—ওঝাবু অয়াম্বনা পাশ তৌরে। নমাই ঐ হয়াও-মনখিত্তনা নিউজ পেপর অসিমা হেক্তা লৈরগা পুজরক্লবনি।

[মতমসিদা কুমারী ঈশিং সনাবুল পুডুনা পুখ্রিদগী কারকই। ]

চীংলেন কুমারী উনবদা হয়াও-নুংশি মোমোন তৌবে। অদুদগী কুমারী ইবুংদা ঈশিং সনাবুল থম্মুরগা থোরকই ]।

কুমারী—অ ইবুং! ঙসিদ, অমুক উরেদনা। করি থবক্কী?

[ খুল্লাকপনা কুমারীদা য়েংই ]।

চীংলেম—ইচন। লাকপিদবা মতম কুইরে কায়চুবা লাকচবদি। ঐখোইগী মেট্রিক পরীক্ষা সু কায়দোক্লে, ওবাদা য়েংবিদ্রিবা নিউজ পেপর অসিদা রিজল্ট লোইমা য়াওরে।

[ কুমারী খজিক মুংশঃ থিরপ তৌই ]।

কুমারী—ও, কনা কনা পাশ তৌরে পাবুং?

শ্যামা—অ, ইচাগীবু রোল নম্বর এক্ থার্টিন নত্রা?

কুমারী—মাদ্রি পাবুং এক্ থার্টিন্নি।

শ্যামা—এঃ য়াওরে য়াওরে, সেকেণ্ড ডিভিজনদা পাশ তৌরে। থাবল, য়াবৈ, অংথুবাম মখোই অহুম্না থার্ড ডিভিজনদা পাশ তৌরে। অদুগা ইচা চীংলেন্দি ফাষ্ট ডিভিজনদা য়াম্না কান্না পাশ ওইরে।

[ মতাংসিদা চীংলেন কুমারী অনিসি য়াম্না চরাওথিরৈ ]।

সখি মুংডাইরেদ ইচাশং কায়না পাশ তৌরকপসিদি, অদুগা ইচা চীংলেন্দি য়াম্না লাইবক ফবগী শরুক্কা ওইরিকো।

চীংলেন—অহোই ইমা, মসি ওবাগী থৌজাল্নি।

খুল্লাকপা—মাদ্রি, ইচা মুপাগী থৌজান্দগীনি। য়াম্না মুংডাইজরে ইচা মুপা! ইপূকসি য়াম্না চরাওরে ইচা মুপী!

সখি—উম্ ইপা খুল্লাকপা! ঐখোইসু য়াম্না চরাওরে, মুংডাইরে।

শ্যামা—চীংলেম! ঐখোই স্কুলগী ঐইটটিফাইভ পার্শেন্ট ( 85% ) পাশ তৌরে। পার্শেন্টেজ য়াম্না ফজরে।

চীংলেন—অহোই ওঝাবু য়াম্না কজরে।

কুমারী—মথাদি কমদোবা ইবুং

চীংলেন—কোলেজ তমজখিবি ইচন।

শ্যামা—উম, তমখিগদবনি চৌংলেন। মহাক্তি মরাইবক য়াম্না ফবি।

চীংলেন—অহোই ওঝাবু। পুম্নমকসি ওঝাগী থৌজাল ফাক্লি।

খুল্লাকপা—মখাগী লম্বীসু ইচা মুপাগী থৌজাল পীমবিয়ু।

সখি—অদুদি ইচা মুপামা করম্বা কোলেজদা তম্বা পাম্মিবা?

চীংলেন—ঐদি খঙজদে ইমা। ওঝামা তাকপীবা য়াথং মতুং ইম্না অমদা হেক্কা তমজগনি।

শ্যামা—উম্ অদুদি ফরে চীংলেন। ডি, এম, কোলেজদা তম্লসি। মচনসু ডি, এম কোলেজদা তমহল্লগে, করি হায়রগে?

চীংলেন—য়াম্না ফগনি ওঝাবু।

খুল্লাকপা—ফরে ফয়ে ইবুংঙো ইচা মুপাগী য়াথং ইমগদবনি।

সখি—অদুগা লৈফম চাকমদি কদাইদা কমদৌবা?

শ্যামা—আ ইস্কালদা লৈমিংব্রা, কদাইদা লৈনিংই চীংলেন?

চীংলেন—ওঝাবু নমাই ঐদি ওঝানা শিনবিবা ফদৌবা মফম অমদা হেক্কা লৈজগে।

খুল্লাকপা—ইচা মুপা! য়াবরদি, মতাংসিদা মমাইবু শম্বীরকপগী শেম্বীবা থৌজামবিদুনা তেম্লবা মনাই মচা অসিবু ইচা মুপাগী মমাং শঙ্গোই অসিদা, মতি শরদং খাজিম্লগা লৈহন-বিররদি, ইপূকসি য়াম্না পেমখ্রনিদকো ইচা মুপা! অদুবু......

কুমারী—অ, পাবুং! ইবুংমরু পাম্লরদি হেক্কা লৈহনসি কৈদৌগে।

শ্যামা—উম্ মসিদা চীংলেন মতাক্লা করি তায়রিবা? পামদব্রা?

চীংলেন—ওঝাবু মনাই ঐনীদি থোইদোক্লা ইরাইবক্কুম ফবনি। য়াম্না পামজে।

শ্যামা—উম্ অদুদি ফরে ফরে। ইপাগীদা লৈজরো চীংলেম।

[মতাংসিদা কুমারীগী মপুক্কিংদা চয়াও সুংভাইবা ওইজে]।

সখি—হোই হোই য়াম্না ফরে। সুতিগী মচিন মপুম্বা হবা গাড়ীদা অদুম চৎমিগ্নবা হায়বদুনি।

কুমারী—অং হোই ইমা। তাদ থাবল, রাবৈ অদুগা খৌবালগী ইচিম ইপুর মযাম অমসু সুমৈৎ খুদিংগী ওইনা হবা গাড়ীদা চৎনগনি হায়।

শ্যামা—উম্ ফরে ফরে, সুমৈৎ খুদিংগী ময়াম পূম্ন অদুম চৎমিন্না য়ারে।

[মতাংসিদ শম্নাং খুল্লাকপন মপুক্কিং য়াম্না সুংশি-সুংওবা পিম্নাং পিরোইনবা হায়রক্ত]।

খুল্লাকপা—পূকচেল চউরব [illegible] সুপা! অমদি মীসুংশি খড়লবা [illegible]! [illegible] খুল্লাকপদি, য়াম্ন [illegible] অমুক লাকপ [illegible] ইবা খম্নং [illegible] ক্লবা তোম্ন [illegible] সুপীগদ শিম্ন-জরম্নরনকো, অরেম্নদ মাংহন্নবিগনু। মপারী [illegible] পুন্নগী চয়োক [illegible] সুংশি [illegible]

[মথুং [illegible] সলাম [illegible] খুল্লাকপগী [illegible] তাবদা শ্যামা, সখি অমদি চীংলেন কুমারী খড়হৌদনা মপুক্কিং সুংশি-সুংওনখি]।

শ্যামা+সখি—হোই হোই ইপা খুল্লাকপা! মচাগী মমীং থুংজবা ওইসনু। ভন্নমখৈ হোৎনজগেকো।

খুল্লাকপা—আঃ ভসিদি, পুন্সিগী অরোইবা অমা ওইবা ইপুকসি য়াম্না হয়াও-সুংশিরে, য়াম্না পেল্লে। থোইমুম মাগী থোজাল পীনবিবা নিজরি।

শ্যামা—হোই হোই ইপা খুল্লাকপা! মপুগী থোজাল পীনবিনসু।

সখি—আঃ সুংশিদা ইপা খুল্লাকপা!

খুল্লাকপা— অদুগা ইবেম্মা! মবুং হাওব চৌংলেনসে মবুংগী পাম্বমগুম লোয়নমিন্নোকে।

কুমারী- অহোই ইপু খুল্লাকপা, ইবুংমক্তি খঙ্গনি।

শ্যামা—অদুদি ইপা খুল্লাকপা! ভসিদি, মচাগীদা অসুম পোথাবিয়ো। অদুগা হযেং অবুক ভস্ত খোডশামবিয়ো, করি চায়বগে ইপা

খুল্লাকপা—করে য়াম্ন সুংচাইজরে ইচা সুপা। করিমা লম্মম ফিংগনি ইপাদি।

সখি ইপা খুল্লাকপা! মদুগীদমক্তি করিমতা থনবিরুগসু হৌরবনি।

শ্যামা অদুদি চৌংলেন! ইপা খুল্লাকপগা এখোই কৈথেল্লোমদা চাইচাক্তং কোয়থোক্লুখিসিরা?

চৌংলেন—করি ওঝাবু।

খুল্লাকপা করি ইচা সুপা চথোক্লুসি।

শ্যামা— করে অদুদ সখি! ইপা খুল্লাকপখোইগী চাক ইশিং মমা মচামা অদুম পূন্ন হেক্তা হোৎনরম্মোকো।

সখি+কুমারী—হোই হোই করি করি।

[ শ্যামা, খুল্লাকপা, চীংলেন থোকমিন্নখি ]।

সখি—অদুদি ইবেম্মা ! ইমাসু সিনামগী নং া এঝ দশুমতিদা চয়েংগী সুপীমচাশিংগী প্রোমোসন পরাক্ষাগী থবক খরদং শিন্নরু খগে। ইমা থুনা লাক্কে অদুগ চাক-ঈশিংগী থবক হোৎনসি।

কুমারী—হোই হোই ইমা। নুমিৎ হেক তাবগা চাকথুম চঙসি। হোয়েল য়াচংলকপগী থুপ থাউমৈ কৎনব হোৎনরমগে।

সখি—হোই হোই করে করে হোৎনরমউ। ইমা থুনা লাকনি।

[ সখি চৎখি, অদুগা কুমারীনা মখাগী ইশৈ অাস হয়াঙ-মুংশিনা শকহোই ]।

ইশৈ

লোইবী থয়াং চীংজাওদগী
মৈত্রবাক লৈকোল তম্নবু
পায়রকপা থোইমু থাংজেংবঙ।
শাচ্চর লৈরাং কুগায়না
থোইমুগী চেংলৌ-য়েংজনা।
পম্বোগী ইংখোল চাইগোইনুংদা
লৈরাংনা তোমথিল ঙাক্তরি
নীংজম্মা লৈশাং তমজরি
পাইবিরকউ তম্না থোইরাবা
চুপ্পীরো নীংজল' লৈহি।

[ ইশৈ শকপা হেক লোইরকপগী তাম্বাদা থাবল, য়াবৈ কোইরকই। চঙলকপদা কুমারীনা শকখিবা ইশৈদু নিংথিনা তাখি।

অদুগা কুমারীনসু মহাক্কী ইশৈদু মুন্না তাম্মনগত্রা হায়না খল্লি। অদুম্বাদ ওইরবদা, কুমারী ইকায়াখানি হায়দুনা থাবল খাবৈনা ইশৈগী রাক্ষমদি অদুম লোত্তুনা ফোংদোকাখত্রে ]।

কুমারী—ওঃ ব্রদরথোই লেঙ্গিনবিরকউ।

থাবল + রাবৈ—য়াম্না ফগনি সিষ্টর।

[ কুমারীনা ফদ থাং। থাবল রাবৈনা ফমই ]।

রাবৈ অ, সিষ্টরবু পরীক্ষা হায়দে কপাগী রিজল্ট ফংবিরব্র ?

কুমারী অহোই ব্রদর ফংজরে, নচনসু লইবক ফবদগী সেকেণ্ড ডিভিজনদা পাশ তোঞ্জরে।

থাবল—উন্ য়াম্ন নুংঙাইজরে. সিষ্টরগ মিষ্টং চীংলেনগদি লাইবক য়াম্ন কারি। ... রাবৈ বদুগা এগাদি কুমাস চহিগী-দমক থার্ড ডিভিজনদ পাস লাকরে।

কুমারী হঃ হাঃ হাঃ হাঃ......ব্রদর। পরীক্ষাগী ডিভিজন হায়বসি মতা চাকুবদা লৈবেদ, নচনসু থার্ড ডিভিজনদ ফাওবা য়াও-রক্লোইদ্রা হায়না নুংশা খজরুরে।

রাবৈ—অ, সিষ্টর! এখোইগীদি থার্ড ডিভিজনদ য়াওরক্লিবসি ইরাইবক য়াম্না ফবনি হায়না খল্লুরে। অদুগা সিষ্টরবু কোলেজ চঙ্খবিবা তাবিব্রা ?

কুমারী—অহোই ব্রদর, পাবুংনা ডি, এম কোলেজদা মিং চনবিগনি হায়রর, অদুগা ইবুং চীংলেনসু পাবুংনা এখোইগী মমাং শঙ্গোইদা মচি খরা থাজিন্দুনা থম্বিনব, অদুগা ডি, এম কোলেজদা মিং চন্দুনা ক্রমহনগনি হায়না হায়রিবি।

থাবল—ও, ঙসিবু সিষ্টরখোইদা মিষ্টর চিংলেন লাক্লম্বা ?

কুমারী—অহোই ব্রদর, লাক্লম্মী। হৌজিক্কা পাবুংগা অম্পুম কোয়থোকমিন্নখি। পংকুইবু কুইখিদ্রি। অদুগা হয়েং আ মথুলদা অমুক্তা য়োক্নখিগে, নুমিৎ মরি মঙানিদং লৈরগা লাকনি হায়রম্মী।

থাবল—উম্ অদুদি সিষ্টর অমম্ুং মিষ্টর চীংলেন অনিগী য়াম্না লাইবক ফনবদুম থোক্কদৌরি, য়াম্না ফরে।

কুমারী—অহোই ব্রদর, অমনা অমগী মতেং খরা খরা লৌনবা হায়বদুনি।

রাবৈ—অ, অদুদি থাবল বাবুগা ঐগস্ু কোলেজ তম্বসি সিষ্টর-খোইগী নতুং খরা খরা ইঙগে হায়ববু, মতমগী মতুং ইন্না মতা চাবরা খোঙলোই অমা লৈরবনি হায়দুনা য়াবিররোইদ্রা ?

কুমারী—করি য়ানো ব্রদর। মদোমদদি খক খনবিরুগন্ু, চুম্না লৈকাইগী নচম অমনি খনবিদুনা নুমিৎ থুদিংগী লোয়ন-বিবদা করস্ু অকায়বা ওইরোই

থাবল—উম্ হঃ হাঃ হাঃ.........তাবদা য়াম্না সুংঙাইজরে সিষ্টর। রাবৈ বাবুগী রাফমদু ফনা নকশিনবগুম তৌখি। অদুবু থোইনা কোচিগী রাশন্দি তৌবিগন্ু সিষ্টর ! অওইবতা ইচম চম্না হেক্তা হায়জবনি।

কুমারী—অহোই ব্রদর, নচনস্ু নোকচরিবনি। অমরোমদা নচনগীস্ু করিস্ু লৈজদে। চুম্না অশেংবতা হায়জবনি।

রাবৈ—রারোবিন্ু সিষ্টর, চুম্না ইচন অমা ওইনা মুংশিজদুনা ফাগি তৌজবান।

কুমারী—অ, ব্রদর ! নচনবুদ্দি করি অমতা য়ারোৌজদেয়ে, কাইদাদবু
হায়জবনি ।

থাবল—ফরে অদুদি, লেঙভসিনা য়াবৈ বাবু।

য়াবৈ—অহোই ফনি, লেঙভসি থাবল বাবু।

থাবল—অদুদি, ফরে সিষ্টর ! ঐখোই অমুক হঞ্জয়গে।

কুমারী—য়াম্ন ফগ ন লেঙবিরসি ব্রদর।

য়াবৈ—লৈবিগোরোনে সিষ্টর।

কু ারী—ফগনি ব্রদর। খূদোং-চাগম্নু ফার্নশিন্দ্রে, য়ারোবিগম্নু।

থাবল—ফরেদা সিষ্টর, মতুংদা মোংমা য়াবৈ বাবুগীদমক। করি
হায়গে য়াবৈ বাবু ?

[থাবল, য়াবৈ থোকমিন্নখি। য়াবৈ খজিক ইকায়বা নংশি]।

কুমারী—হঃ হঃ হঃ… · …লাইমা ঙকইদা, মাগী য়াবৈ হায়বসিনা
খঞ্জবশারিসে, লৌশিন্তু থাজনা থীবা তাদুনা অরেম্বদা তোক্কনি
খঙদ্রিয়ে। হুম্ ঐদ ফনদুম নোকচনিংই। করি থোকই
হায়দুনা লাকচবা শারিবনো।

অস্তুম হায়না কুমারী, কল্লকপেন্না ঙাংলম্নগা ইমুংদা ফিদা
পুশিনখিরম্মী। মাস-ছানা য়ানিংদবা মুপীমচাশিংগীদি হোনশানি।

---

# চেৎশ্নবা থোৌদোক

ঈপান থানি, ঈংমা মেগুলবা ঙাঙ্ব্রানবা অমদি সনা অহিংবা মচুগী মঙাল শঙ্গল্লক্রবা তারমদাই নুমিৎমা, অমুবা লৈচিল মোংজুম মপৈগী পান্দমগুম মোংমদোল পক্লিং পক্লিংনা বাং-চাউরবা, লোইবী চীংলোন মাপন্না খৈন-য়াংকোক্কী মওংগুম মরোল মরোল মাইনা ঙমখৈরিবী পোক্টরে ভারত ইমাগী "মোংপোক লৈকোল" হায়না শোন্নরিবা "মণিপুর সনা লৈবাক্কী মোংচুপ শংবা চাৎশাংগী নাপোম মরুমদা লোইরোক হাইথখিবা তোইগুম্বসুং মিৎয়েংগীদি অরোইবা ঙমখৈ রাংমা লাল্লমদাই ওইরক্রবদা, নুমিদাংবাইরমগী তপ্না তপ্না লিরি হুম্বা অঙৈংবা মাশং ঈপোমগী তাম্থাস্ল লাক্লবা মতম্নি। অদুগা মীওইবগী পূক্লিংসু থোইদোক্না মহৌশাগী ওইনা য়াম্না করাও মুংঙাইবগী মকা লাম্নরক্রবা অমদি নুংশি-মুংওনগী ঈপাক্তা তাউনরক্রবা তাঙ্গানি।

অসিগুম্বা তাইবংবান্দা মীওইবগী পুক্লিংবু শুমহৎনবগী মশক ওইরবা নুমিদাংবাইরমগী হকচাক লাংলক্রবা মতমসিদা, নোংমা চীংলেন, কুমারী অমিনা মহৌশাগী ওইবা ফজবা চীং-পাৎকী দৃশ্য (সিনেরী) খরদং য়েংনিংহুনা অসুম সোরোক্কী মতুং ইন্না অরাং মায়কৈ পাংনা "রাইথো চীংগোল" মশাংদা কোয়থোকমিন্নখিবদা, ঈশিংনা পীক-চোন্না নীক নীক লাউরবা ঈমায় থক্তা মচু মখল মথেল কয়ামরুমগী নিংথিরবী থরো থম্বালত্তনা মিৎ পেন্নবগী মশক

ওইনা (মিৎফম হোংবা য়াদনা) থন্না ফূগায়মা শাৎলম্বা "বাইগৌ পাৎ" পু ফজনা হেক উরকপদা, ( উরুবদগী ) চীংলেন, কুমারী অনিগী হৌখিবা হাইস্কুলগী ছাত্র ছাত্রীগী পুন্সিদগী হৌনা হেক ফোংদোকপা ভম্নদনা চেন্নরক্লবা অচুম্বা মুংশিনবগী শেংলবা অমম্নুং লূরবা ঈচেল অদুবু মতাং চারে, হৌদোক্লো মতাঙ্গুম নৌহৌনা মুক্তা ওইবী কুমারীনা অসুম হায়না ইকাইথীবিনা লৈতেং ওইরদুনা বাহৌদোক্কী লংলা লংজিন পীবা হৌজরকই :—

কুমারী—অ, ইবুং হাওব! নচন্না ইবুংবু তোয়না হাওব পন্না মিংগৌবা শাউবিগন্নুকো, বাম্নৌবিগন্নুকো। চুন্না মুংশিজবদগী কৌজবা মিংগৌনি খনবিয়ুকো ইবুং!

চীংলেন—করিগী শাউরুগদগে ইচনও! ইবুং চীংদা তোংবা হাওনি; কারগী বারৌগদগে। চীং-তন্না মণিপুরানি, হাও মৈতৈনা জাতীনি খঙনরে। অচুম্বা মিংগৌনি, মদুনা করিসু অকায়বা ওইদে। নবুংনা থোইনছুম হরাওজে, অমরোমদা লাইবক ফবনি খঞ্জে।

কুমারী— উম্ অদুদি ফরে ইবুং! অ, অদুগা ইবুং! নচন্দি অবাং-লোইবী চীংমায়ানশংবু উরগা পূক্লিংসি য়ান্না তোয়না মুংশি-মুংওজে, খোয়রাংজে। মসিবু ইবুং হাওব! করিগীনো? অমুক্তা হায়বিয়ু।

চীংলেন—অং ইচন! য়াম্না চুম্মি, মসি মহৌশানি। নবুং হাওবসু তম্পাক লমদমগী সিনেরী ময়ামসে উবদ', ইপূকসি থোই-দোক্না খোয়রাং-মুংনাংবগা লোয়নন। মুংশি-মুংওল্লকই অমসুং হরাও তয়ামই। অদুনা ইচন! মসি................।

কুমারী—উম্ অদুদি ইবুং হাওব। মসি মহৌশা লাইরেম্বীগী হৌমশা চায়বদু ওইবা তাই। মসিগী মরক্তা ইচিন-ইপুবাসু য়াওরেকো ইবুং।

চীংলেন—অহোই ইচন য়াওরে। মপুগী খুৎশেমসি ওন্থোক্না ফজখ্রে, মিংশিখ্রে, পেন্না মুংশিখ্রে, অদুগা ইচন! ঙসিদি, রাইথৌ পাৎকী সিনেরী অসে ওন্থোক্না ফজখ্রেদা। য়েংবদা, পূক্লিং শুমহৎনবগী মশক ওইদ্রা? মসিবু মহৌশানা ইচন!

কুমারী—অহোই ইবুং! রাইথৌ লাইরেম্বীগী লৈতেংগী মশক ওইনা ঈমায় চোল্লবা ঈপাক থকসিদা থরো কোরী লৈরাং-শিংনা শংবানরবা মনায়ক্তা থিলগৎলক্লুনা, থাজগী মতাম্রোই-শীংদা ঈংনা থোৎনা নোনা পোমশাৎনজরিবা উবদা পূক্লিং হুনবগী মশক্তি, নত্রনে ইবুং!

চীংলেন—উম্ ইচন! এৗদ হেক চোংথদুনা থাজগী মতামরোই ওইজরিবী পোমশাৎনরিবী লৈরাং থরোশিংসে অমথক্তং ওইরবসু ওন্থোক্না হেকচনিংখ্রেদা, হেক শেক্লুবদা রাইথৌ লাইরেম্বীগী লৈতেং মাঙগদ্রা ইচন?

কুমারী—[ নোকমি নোকমি তৌনা ] কারগী মাঙলুগদগে ইবুং! লৈরাংনা ফৃগায়মা শাৎলকপদা খোইমুনা মিহৌজবদি মহৌশানি। অমথক্তং নত্রবসু ঙম্বমখে হেকপীয়ু। অদুগা চোংথদুনা হেকপীদ্রবসু অসিদা লৈরিবা হিসি তোংলগা হেকপীয়ু কৈদৌগে, হি হোনবা তৈবিদত্রা ইবুংবু?

চীংলেন—অ, হি হোনববু কেদৌনা হৈতদগে ইচম! হৈজৈ। অদুদা হি অসিবু হিবুনা য়াগদ্রা?

কুমারী—হি ভাইহাক্তং তোংববু কনানা য়ারোইদৌরিবনো ? য়ানিমে, হৈরবদি হোনবিরো তোংমিম্নরসি, য়াত্রগা মচনগী দায়িনি।

চীংলেন—ফনি অদু ওইরবদি ইচন, হোক্সরগে কাখৎপীরো।

[ চীংলেন, কুমারী হিন্নুংদা কাখৎমিন্নে অদুগা চীংলেন্না ঈয়াইরোমদা হি হোল্লি। অদুদগী কুমারীনা হিবান্দা লামদুনা থরো অমা হেক্লগা মোকমি মোকমি তৌরদুনা হায়রকই ]।

কুমারী—অ, ইবুং! ভসাদ, মতম চহি কু-জা মডা তরুকী বারম কয়ামরুম্ব মোনা ফোংদোক্লরসিকে।

চীংলেন—করি বাবু ওইরবনো ইচন ? লোইনা হেক্লো ফোংদোক্লসি কৈদোগে।

কুমারী—অদুদি করে, য়াম্না নুংভাইজরে ইবুং! হাইস্কুলগী পুস্তিদগী হোমা "ইবুং, ইচন" হায়না ইচিন ইপুবাগী বাখন্দা অস্নুম লোয়নরকপসি য়াম্না বারেদা, ওস্থোক্না হৈনরক্লে্দা ইবুং! অদুনা ভাসদগী............।

[ কুমারী ইকাইরকুনা মখা তাবা ভম্লক্লে ]।

চীংলেন—অ, করিনো ভসি, ইচম্না হায়বিরিবা বাকম অসিবু ? কৈদোরবগে নামুংগদবা বারমে ?

কুমারী—অ, ইবুং, নত্তেয়ে ইবুংনা নচনবু নুংশিবিরবদি, অশেংবা নুংশিবা হায়বদু তাকপীরে হায়জবনিমা।

[ মতাং অসিবাইদা চীংলেন মোকমি মোকমি তৌরকই। মদুদা কুমারী ইকাই-নুংশি য়াম্নচমা ভাইহাক্তং লুকথখি ]।

চীংলেন—ও, মদুগীবুদি ইচম অমা ওইনা য়াম্না পংনুংদা নুংশিজেয়ে। অদুবু কৈদোরবগে ইচম ?

কুমারী—অহোই চুম্মী ইবুং, মতুমা চুম্নগী মপাম্থোংদা মুংশিবিবা মখল অমনি। মতু নচচদে নচন্না হায়জরিবদি, অ, পুন্সি-চুপ্পা নচনবু ইবুংগী ওইনা থম্মোইম্নুংদা মুংশিবিয়োইদ্রা? অসিনি নচন্না খঙজনিংবদি। অতুবু······ ·····।

চীংলেন—উম্ মতুগী পম্থেংতু য়োর্নদি হায়বিগন্নু ইচন। হয়েং মতম অমদা পুন্সিগী অন্না-ঈপাক্তা ঈরাকমিন্নদুনা তোকনি, মৈতৈ সমাজগী কল্লক-মিৎয়েং লাংদা থুডুনা ইচিন-ইপুন্না য়াম্না রাগনি, মুংশি-মুংওনগী মৈরীন রায়রকপদা কায়না মৈশা লাংদুনা পুন্সি' লমখাঙদা মৌনা কেমগনি। মতমদুদা নবুংগী চাউরবা মরাল ওইগনি, হায়বীগন্নু ইচন! অমরোমদা নবুং হাওবগীদি য়াইবী থরায় মাঙখ্রবস্থু লোক্তাক্তী থরোই অমা কায়থিবগুম ওইমদা থোক্কনি। অদুগা তুংগী অমাঙবদি ইচনগী অমদি মৈতৈ সমাজগী ওইগনি। অদুনা ইচন!

কুমারী—কাররি রানো ইবুং! সমাজগী চৎনবী পলবু কিবিরব্রা? খনবিরিবা রাখলত্থু লাল্লে। মুংশিনবা হায়বসিদি বিধাতানা তম্নকপান, কররিগী ইবুংগী অচৌবা মরাল ওইরুগদগে? কররিগী মৈতৈ সমাজগী কল্লবা মিৎয়েং-লাংদা থুরুগদগে? অদুগা কররি হায়না অর-ঈপাক্তা ঈরাকমিন্নরুগদগে? চুম্নগী মুংশি মৈরীনা রারকপবু কায়না মৈশা লাংবা হৌনব্রা? মসিদি পুন্সিগী থোদাংনি, বিধাতাগী নোংদমখোন্নি হায়না লৌবিগদবনি ইবুং!

চীংলেন—উম্ হঃ হঃ হঃ ····· ···· ইচন কুমারী! মৈতৈ সমাজগী

পাম্বি পুম্বিগী চৎনবী গুণ ময়েং তাবা ওইগম্বিদা, অদুগা পলেম পম্বোগী ইজৎ মাওবম্ভু থোকনি। অমম্বোমদা ইচিন ইপুম্বাবু মীনা ইডুকেসনগী মঙাল ইফং ফংদবা শা-ঙাশুম য়াম্না ভুক্কচনা লৌথিনি। তশেংনা ইচন নহাকপু মুংশিজবদি, তোম্লবা নবুং লাইবক থাবনা হায়দোকপা অমদি চৌদোকপা ঙমদতুনা লৈজম্বকপনি। অদুবু ঙসি, নবুং হাওবমা মুংশিজে হায়ম্ভুনম্ভু ইচন!

[ ম্বাফমসি তাবদা কুমাম্বী হয়াও-মুংশি য়াম্নে ]।

কুমাম্বী চুম্মী ইবুং! মদুম্ভবুন নচম্না থঙজনিংইবম্ভু। মৈবু ফিনা কুপ্ত্রনা থম্না থক য়াবা চৌনদে। মসি বিধাতাগী মোংদম খোম্নি। খোইনা ম্বাবিরুগম্নু ইবুং। মুংশি ঈপাক্তং হিমাও শাবিতুনা ম্বম মুংঙাইগী পাম্বুংফমতু য়োনবা লমজীংবিয়ু। মসিনা নচনগী অম্বোইব থম্মোইগুংগী অশেংবা ম্বাহৈনি।

[ মসিদা চীংলেন ঙাইহাক মুম্না ম্বাখল তৌই ]।

চীংলেন—উম্‌ ফম্বে অতাদি ইচন! লাইবক থীম্বা নবুং হাওবম্ভু ঙসিদগী চৌনা পুন্সগী অচুম্বা ইংথোদাং লৌজম্বগে, হয়েং পঞ্চায়মদাই মতমদা মায়তাদ লেবিগম্নুকো ইচন, হায়জম্বিবসিনা তোম্লবা নবুং হাওবগীম্ভু অম্বেপ্পা ইপূকচেলগী শেংলবা ম্বাশাক্ত থঙাবম্বো। মসি থক কাউবিয়গম্নুকো ইচন!

কুমাম্বী—অহোই পুন্সিগী কাউজম্বম্বোই ইবুং, নচনগী মায় লৈজম্বোই। তাংজ লিলতনবু লৈতোল অনি ফাংবনি। নচনগীদি হায়জখিবনা অম্বেপ্পনি। অদুনা মুজা ওইবী নচনবু-ইবুং হাওবগী

পুন্সিগী সুংশি-খাঙলোই ওইবিসু, লমখাঙদা মাঙতনবীগসু। চীংলেন—ফরে অদু মঙাইরে ইচন! অপাম কাদা য়োামন্নবা, মুংশি ককা থুংশিন্নবা, অদুগা পুন্সিগী লৈপুল ওইমিন্নবা, খোইমুম মাগী থৌজাল পীনবিবা ওইসনু ইচনও! অমুক পুক্নিং অনি লোঙমন্নগুমসি, পূকচেল অনি ফাংনন্নগুমসিকো ইচন!

কুমারী—অহোই য়াম্না সুংঙাইজরে ইবুং! মদুতনি নচনগী হায়ববু বাইথৌ লাইরেম্বীনা সাক্ষী ওইবিরসনু। ঙসিদি, মপুগী থৌজাল ফংজবা সুংঙাই য়াইফবা সুমিৎ অমনি! অদুনা—

[অমুম হায়না কুমারীনা পোমশংনবী থরো অমা, চিবান্দ লামদুনা চেক্লুগা খোইকুম মোথোম তৌনা পাম্মু-মুংশি মকা লাম্না ফোংদোকচবগী বাথন্দা মখাগী ইশৈ অসি শক্লকই। অদুগা চীংলেমসু ময়ক ময়ক্তা নোকমি নোকমি সুংঙাইবগী ইপোমদা ইশৈ শকপদু য়াওশিল্লি]।

ইশৈ

মিংচৎ ফবী বাইথৌ পাৎকী
লাইজ ঈমায়থক্কী ঙাম্নৈ
থাজগী চান্নবী মতারোই,
কোলোই মিংলেম সুংশিবী!
লৈরাং থরো শকহেনবী!
বাইথৌ লাইরেম্বীগী লৈতেংলৈ!

ঙসিগী কোন্নবী নুমিৎসিদ,
নুজাবু ওইবী নত্তরোইনা
হেক্ রেকো তখুৎনা ফংনা,
    ঝরৌবিগনু শীঙেল লৈনুংশি !
    লেঙেংজগে পনমু মাংদা
    য়াঙবিয়ু তিহোন ইশৈদা।

চাংলেন—[ নোকমি নোকমি তৌনা ] অ, ইচন্দি ইশৈ শকপাগনু য়াম্না হৈবিরম্লিদনা, ঐদি ঙসিত্তা খঙজরি।

কুমারী—অ, খোইনা হৈত্তনা শকচবা নত্তেদ ইবুং! চুম্ন নুংঙাই-জরকপদগী হেক্তো পাংশক শক বা তায়দ্রুনি।

[মত্তাং অসিরাইদা চাংলেন কুমারী অনি হরাও-নুংশি চান্ন-মীনোক উৎনৈ]।

চাংলেন—ফরে ইচন! ঙসিদি, ইচনগী ইশৈ নুংশিবনু তাবা ফংজরে। নবুংগী পৃক্রিংসি যম্না হরাও-তয়াম্বা নুমিৎ অমা ওইনা নুংঙাইজরে। অত্তবু মতমসি য়ুমদা ইমা পাবুংনা হললকত্রে তায়রম্মনি। য়ুমদা অমুক হল্লসি ইচন!

কুমারী—অতোই ফনি ইবুং কারসি। লৈরাং থরোশিংসি খরদং হেক্রুনা কোনশিল্লগ পুখিসি। ঝইথোদা থরো হেকতুনা চারুই তায়রগা লোইরে। ইমা পাবুংগী কম্নিমত্তা নুংশা থীবিরুগনুদ, লেংঙসি ইবু।

চাংলেন—অতোই য়াম্না ফগনি ইচন, কারসি। মতুনা ঙসিগী পাওখুম ওইরুরসি।

অমুম্না চাংলেন কুমারী অনিমা নুংশি-নুংওনগী ঈপাক্তা ভাইহাক ঝাংলেন্দং মপুন্সিগী নুংশি-ঝারীনরুরবা তুংদা থরো-থম্বাল

খরদং চেল্লগা ছিন্নুংদগী কুমথম্মিরক্লুমা মযুম মায়কৈ পাংম্মিরকই।

মতম অসিদদি, নোংমগী অয়ুক নুংথিল চুপ্পা চাক্তানরুরবা পোম্বী 'চক্লাশিংস্থ মাগী মাগী মহুম ''কাম তম্না শঙ্গু-শঙ্গু ওইনা পাইনরক্লে। অদুগা কাওরেল শলবী শন্নাউ পূম্বস্থ ফুরুপ ফুরুপ মাইনা মখোই মখোইগী লৈফম শঙ্গোল তান্না কামরক্লে। অদুদগী অমুক অমম্বদা চাক্তাবা কৈনরবা শাফিং-ভাফিং চাবা জীবশিং মখৈনা মরোল অমা অহিং লাংরেম্বীদা মচিঙ্গাক পীনবিরো হায়কনিংলক্লবা অমদি নুংথিল লাইরেম্বীগীনা অহিংগী ফমগারমদাই মতমগী পুংজাদু য়ৌশিল্লক্লে।

অসিগুম্বা অয়ুক নুংথিলগী, অঙাংবগী শরুক লোইশিল্লক্লবা মতমসিদা, অমরোমদ তাংক্লেং উচাল পোকপী চংখোঙগী সোয়োক মশাংদা থাবল, রাবৈ অনিনা মথুক্তা নিউজ পেপর অমমম পায়রদুনা হঙ্গৎ-হন্দা রাকিংগী মওংদা রারী-রাতাই কয়ামরুম শানদুনা চৎলি। মখোই অনিনা শানরিবা রারী-রাতাই অথুদি অসিনি।

রাবৈ—অ, থাবল বাবু! ঐগী লুনা তিন্নবা মরুপ হায়ববু থাবল বাবুতনি। অদুনা ঙসিদ, ঐগী য়াম্না ইথবায় শোকপা রারম খরদং ফোংদোকচগে।

থাবল—কৈ ফোংদোকপীয়ু কৈদোগে, করিদা থবায় শোকপীবা লৈরবগে?

রাবৈ—রাসে অসুম তৌবনি থাবল বাবু! হেক্তা ফোংদোকচরগে। অ, সিষ্টর কুমারীসে বি, এ, পাশ হেক তৌবগা ঐঙোন্দা লুহোংবিগাদ হায়দুনা নুংদা অহল লমন মশেল ভাংনদুনা লেনায়রবনি। অদুদা—

থাবল—আই ! অদুদা কৈদোঔরবা ? ঐদি ইভাবু তাদেনা ঝাবৈ বাবু।

ঝাবৈ—অহোই তাবিরোই থাবল বাবু, মনুংগী য়াম্না অরোনবা ঝাকমদা লৈনরিবনি। অংদা চীংলেম হায়বা হাও মচা চীংমীডুনা ইচন ইচম হায়দুনা ওঝাখোইগী মমাংদা হেক পোকমিন্নবা মচন্দ-মচন্দোনা তৌশিন্নবা, অডুগা মনুংদমা মহাকা য়াম্না নুংশিনবগী লম্বী অমদা কন্ন' চখ্বরকপা, মসিবু তুংদা মৈতৈ সমাজগী অকায়বা লম্বী অমা ওইরক্লোইদ্রনে ? থাবল বাবুস্ব অমুক্তা খন্নবিয়ু।

থাবল—উম্ অচুম্বা ঝারনে হায়রিবসিবু ? নক্রগা হেক্তা খনবমবদগী হায়বীরিব্রা ? ঐদি কৱিমতা খঙজদেনা ঝাবৈ বাবু।

ঝাবৈ—অওইবা ঝানি থাবল বাবু, মখোই অমিনা কোলেজগী কম্পাউণ্ডা লোম্না লোম্না নুংশি-নুংঙনগী ঝাঝী শানব', ঐ অমুক অমিরক উজবা খঙজবা তশেংবনি, অডুগা অমুকস্ব কোলেজ ছুটি থাদ্রিদৈদা তুমিন্না সিনেমা য়েংমিন্নরুবে। অদুদগী পুং মরিগী গাড়ী মংহোদডুনা পুং তরুকী গাড়ীদা লাকপদা য়ুমদা মুমিদাংগী পুং নিপাল্লোম তাবদা থুংলরে। অদুদা ওঝা হেড মাষ্টরনা কৱিগী থেঙলক্লিবনো হায়না হংবদা, মখোই অনিনা ওইদবনা অওইবা শাশিন্নডুনা "পূজাগী মিটিং অমা য়াওরুবদগী গাড়ী ফংহৌদ্রে, অতুনা থেঙলকপনি।" অস্নুম হায়না পাউথুমখি থাবল বাবু।

থাবল—উম্ ঐঙোন্দদি মঙগুম্না থোক্লে ঝাবৈ বাবুগী ঝাসি তাবদা, হায়বিরিবা ঝাকম অসিনা অচুম্বা ওইরবদি, মিষ্টর চীংলেনগী

ওইজবা শিৎপা মত্তমা করিস্ত ওইরোই। মহাক্ মহাকা মাঙহনগে থোরাংবা রাখল তাগনি।

রাবৈ—অশেংবা রানি, থাজদবা তৌবিগন্নু থাবল বাবু। মসি শোয়দনা মৈতৈ সমাজগী চৎনবী পনবাম লানবা অমদি তমথীনা মায়হিং কাবা ওইরক্কনি। অদুনা মত্তাংসিদা, থাবল বাবুগা ঐগনা পাম্বোম তিংদুনা থিংগৌদবা য়াদে হায়জবনি। ঐনা সিষ্টর কুমারীবু ফংহৌরোই খঙ্গবগী রাখল নচ্চদে।

থাবল—উম্ ফরে অদু ওইরবদি, ওঝা হেড মাষ্টরদা থাজবা য়াবা অচুম্বা প্রমাণ খরদং পীদুনা মরমসি অমুক্তং নিংথিনা খঙ-হনবদুম ফরোইদ্রা রাবৈ বাবু?

রাবৈ—হুম থাবল বাবু! মদুনা থোইদোকপা কান্নরোই, কান্নগদবা লম্বী অমা লৈরে, ঐ হায়জগে।

থাবল—অ, হায়বীয়ু হায়বীয়ু থাবল বাবু! তাজগে।

রাবৈ—চীংমী হাও মচাসে মুমিৎ খুদিংগী মুমিদাংবাইরমদা তাংজেং খোংনাংখোঙ অসিবাই ফাওবা রাকিং হেক হেক চৎলিদমা থাবল বাবু?

থাবল—হোয় হোয় চৎলি চৎলি রাবৈ বাবু।

রাবৈ—অদুনা ঙসিস্থ মহাকপু ঙাইরগা ঐখোই অনিনা চপ্তুনা মচিন হেক্তা চুমখোকসি, খজিক্তং হেক পোঙলকপদা, থোক হেক্তা ফুগায়সি, মতুং মমাও লম হেমবা তন্নবা। কম্রি হায়গে? খরদং কিহন্দবা য়াদে হায়বা থাবল বাবু।

থাবল—হুম রাবৈ বাবু! চুম্না ফজনা ইলেম লেম্না হংসি।

রাকমসিদা থোইমা লিন্দা লৈবা, থোৗমা ফবা পংউৎ-উৎলুবা য়াদ্রে। মিষ্টর চৗংলেমসি চৗংমী অমা ওইরবস্থু কুরালিফিকেসন ফংা রাংনা লৈজরবা মীশক অমনি। অদুনা—

রাবৈ—হঃ হাঃ হাঃ............থাবল বাবু! মসিদা ফজনা লেম্না হংবগী করিমতা রায়োং চায়োই। অদুগা হাও মচা চৗংমী মহাক্কী কুরালিফিকেসন্না চৎনবা য়াবা মতাংস্থু নত্তে

থাবল—হুম রাবৈ বাবু, রাহং মতা চান্দ্রবদি কল্লক মমাঙ চাং তাবা, অয়েম্বদা কাংলক চেনবা তাগানিকো থম্না মুন্না থম্নহোবা কৈ। হাও মচা অমা ওইরবস্থু মীতা ফনা লুইকো মিষ্টর চৗংলেনসে। অদুগা ইয়েং ইমান্নবা মীশক অমদা রাবৈ বাবুগা ঐগা অনি চঙ্ঙনা ফৃগায়বা হায়বাসবু য়াম্না ইরিল লৈতবা পাঙদবগী মতোন। খল্লুরগা ফনদুম ইকায়নিংঙাই ওইবা বার্ফাম্রি, চৗংমী মানা মুংশবদা কুমায়ৗনবু য়ারবদি, চৎখসন্নু কৈ কৈদোগে রাবৈ বাবু?

রাবৈ—মদোমদা খক খনবীগন্নু থাবল বাবু! ঐনা হায়জবদি, মৈতৈ সমাজগী ইকাইখুম্নবা মাঙহনগন্নুসি হায়জবনি, মসোমদা খনবীয়ু থাবল মাবু।

থাবল—চুম্মী ইজংস্থু ঙাক্কদবনি রাবৈ বাবু। অদুদা ঐখোইদি সেকেণ্ড য়ারদা হন্না হন্না ফেল ওইদুনা লৈরেদো, অদুগা মখোই অনিদি কুমসি বি, এ, পরীক্ষা থাগদোরিবনিদো। মসিদা ঐখোইবু শন্ন-তৈনবয়োমদা পংচোপ্তা চোপ্তুনা য়াম্না ফয়ক্লুম তাগত্রা খঞ্জবনি, অদুবু—

রাবৈ—আঃ ওস্লোকপনিদকো থাবল বাবু। করম্না ফম্নক তাগ-দৌরিবমো? করিগী ওম-তৈমবরোমদা চোপকদৌরিবমো? হেক্তা ফূগায়দুনা চাং য়েংথোকদবনি।

থাবল—হুম্ পাঙদবগী রাথল মচ্চদে রাবৈ বাবু। ফজররোই, লেম্মোই হায়জবনি. এঃ রাবৈ বাবু! মখোই অনিদি আদা লাকপূ লাকএ, য়েংবিউ। [থাবল, রাবৈ য়েংশিন্নৈ]!

রাবৈ—উম্ থাবল বাবু ঙসিদি, মতা য়াম্না চায়ে, পূন্না মখোই অনি লাকমিন্নরিঙৈসিদা থবক পাঙথোকতৌদবা য়াদে।

থাবল—অ, রাবৈ বাবু! রাইহৈ লম পংয়ৌ য়ৌনদি ফেনজিম-বিরুগনুকো। ঐখোইগী মিষ্টর কুমারীসে ইকাইখিনি।

[চাংলেন, কুমারী য়ৌশিল্লকই]।

ওঃ মিষ্টর চাংলেন! মিষ্টর কুমারী! কদোমদা লেঙবিরুবগে?

চাংলেন—ও, থাবল বাবু! রাবৈ বাবু! ঙসিদি, ইচিন ইপুবা রাইথোগী ফজবা সিনেরী (দৃশ্য) য়েংবা চৎমিন্নজরুই।

রাবৈ—[ শক থরা তাখৎনা ] ও, ঙসিদি, মিষ্টরসু য়াওনা রাকিং জনিদা থরায় লুপ্নীরুরেদনা।

কুমারী—অহোই ত্রদর ঙসিদি, রাইথোগী ইঙ্গিংবীশিংগী কুম্মৈসু ঙাইহাক য়েংজরুরে। অদুগা ঈমায় চোল্লবা রাইথো পাৎকী ঈপাক্তা ইবুং হাওবনা নৌ পায়দুনা হি হোল্লগা মচন্না হিন্নুংদা কমদুনা, হিবান্দা লামদুনা লাইজ থক্তা ফূগায়না শাচ্চম্বিবা নৈরাং থরো ময়াম্মা হেক্লগা ইচিন ইপুবা হাউনা থরায় তানা চামিন্নজয়কই। অদুনা ঙসিগী রাইথো পাৎকী সিনেরী

য়েংবা চৎলুবগী জর্নি অসি ইপুন্সিদা কাউবা ঙম্নরোইদবা মুংঙাইরবা জর্নি মথল অমা ওইখ্রে ব্রদর।

রাবৈ—উম্ হঃ হাঃ হাঃ···থাবল বাবু! ঙসিগী সিষ্টর কুমারীখোইগী রাকি জর্নিগী পাউদম্‌স তাবদা থম্মোয় কায়নিংঙাই ওই। চাক্লিবা মৈদা খী হৈবগা মান্নখ্রে। ফরে সিষ্টর, লাইবক থাবদগী ঐখোইদি মুংঙাইবা জর্নিদো ফংজরে। অদুনা ঙসিগী রাইথৌ পাৎকী জর্নিবু ইচনখোইগী পুন্সিদা খক কাউদনবা শীনবিয়ু।

থাবল—অহোই ঐখোইগী রাবৈ বাবুনা হায়বিরিবসিবু শোয়হন-বিদ্রবদি, অ, শরেং খোংবদা থাউ থাকপনিদনা। করি হায়বগে মিষ্টর চৌংলেন?

চৌংলেন—অহোই থাবল বাবু। অমরোমদা খল্লুরগা মথোক কারকপা পুন্সি হায়বসি খুদোং শৌনিংঙাইসু কয়ানি, মদুগী মরক্তা মুংঙাইবগী ঈথক ঈপোম কয়াসু অদুম রাংনা হৌদবা মক্তে।

কুমারী—অহোই চুম্মী ইবুং। অদুগা ঙসিগী ব্রদরখোইগী প্রমান পান্থে থরসিদি, খল্লুবদা ইকায়-মুংশি য়ান্নবা রাকম ওইনবু তৌইদা। মুংঙাইবিদবা, রারৌবিবদুম নৈত্রা? মুংঙাইতবা রারৌবা তৌবিগনু। নচনগী ইরাল থোইনা লঙজখিবা নৈত্রিমাল্লে হায়না খঞ্জে।

থাবল—উম্ বা-বা ঙসিগী অওক ওকথোংগী রাহৈ রাতাশিং অসিদি, পাখোং চন্নবা হাপ্পহম ওস্থোক্লা ফজখ্রনি, করি হায়বগে মিষ্টর চৌংলেন।

চীংলেন—অহোই থাবল বাবু, নোট তৌশিনবিয়ু। ঙসিদি, ঐস্নু খন্না চোম্না নংউ তমখ্রমাল্লে।

ৱাবৈ—ফরে মিষ্টর চীংলেন, ঙসিদি, কৱিগুম্বা ৱাফম অমতং শেংদোক্নবা তারি। মফমসি লম্বী সোয়োক্তি ওইরে। অদুবু—

চীংলেন—অ, করম্বা শেংদোকপীনিংবা ৱাফম লৈবগে ৱাবৈ বাবু? কৱিনো ৱাফমত হৌদোকপীবা য়াগনি।

ৱাবৈ—উম্ ফরে, সিষ্টর কুমারী অসি, ঐখোই খুংইগী ইপা শক্লবা ওঝা হেড মাষ্টর অমগী মচানুপী পোকচবী, য়াম্না কেথোক-মৌথোক্লা থমজরিবী মৈতৈ চনু অমনিদো। অদুগা মিষ্টর চীংলেন্না অৱাপ্পা চীংজাওদগী লাকপীবা চীংমী অমনিদো। মসিদং কাউবিগনু। ঐনা ঙসি, মিষ্টরবু "চীংমী" হায় হায়ত্রনম্ম শাউবিগম্ম।

চীংলেন—হঃ হাঃ হাঃ.........উম কৱিগী শাউরুগদগে ৱাবৈ বাবু। অচুম্বা হায়বসিবু কৈদোগে?

ৱাবৈ—উম্ অদুদি ফরে। অ, কৱিগীদমক্তা সিষ্টর কুমারীবু মিষ্টরগী পুন্সিগী লৈপুল ওইনবা থোরাংবিবগে? মসি হৌনবা লমচৎলা? মৈতৈ পারী পুরিগী গুণ ময়েং তাক্নগে খনবিব্রা? চাওখত্তবা হাও-মাইগী শিচত্তু কারমত্তা য়ারোই খঙউ। নত্রবদি—

চীংলেন—(শাউরুংননা) কৱি ৱানো ঙসি, ৱাবৈ বাবুনা তাকপীরিবা ৱাফমসিবু? মরম ইরৈ লৈতনা খজিক লম য়োমল্লি, মরুপ অমনা মরুপ অমগী মফমদা হায়বিগদবা ৱাফম নত্তমাল্লে খঙ্গে। মদুদি:—শা-ডাক্তম মীনুংশি খঙদবা য়াম্না মবুকচেল

পীকপা মীতনা কল্লক মিতৌবদগী লৈকোলগী লৈতেং ওইনা ফজনা ঈংনা, থোংনা নৌনা মুংশিবা মনম্নু লোত্তুনা পোম-শাংনজরিবী, মরাল লৈজদ্রিবী শীঙেল লৈরাং কয়াবু পং-পং থদত্তুনা অরেম্বদা লৈমম চনহনগে থৌরাংবনি। অদুগা চীংমী চীংলেন্দি মদুগুম্বা পুকচেলদু চেল্লমগনি হায়বা থক খনবিগনু য়াবৈ বাবু।

থাবল—হুম্ অরেম্বদা শাউনরক্কদৌরি, য়াম্না থোংনা-থোংনা চক্রি লৈবা প্রমাণ তৌনবিগনু ফজদেদা, য়ুমলোমদদুম হন্নরসি।

কুমারী—ফনি ত্রদর, লেঙমিন্নরসি, মচনস্তু য়াম্না ইকাইজরে।

য়াবৈ [ য়াম্না শাউনা ] উম্ মিষ্টর চীংলেন! থরা চেকশিনবিয়ু। লম্বীদা মুপীমচা অমগী মমাংদা অয়োবা প্রমান্দা থোংনা নৌনা য় ভাংবিবা করিমত্তা লেম'নংঙাই ওইরোই খঙবিয়ু। মন্ত্রবদি—

চীংলেন - উম্ য়াবৈ বাবু! য়াম্না শাউগংপীখ্রে, অদুক য়াম্না শাউ-গংপীবগী থোইদোক্তে। ঐ অসে চীংমা অমা ওইরবস্তু য়াবৈ বাবুগুম্বা নিপা মচা অমনি। অদুনা—

য়াবৈ—হেরা হাও মচা চীংমী নংগুম্বনস্তু নিপা মচাগী থৌদাং য়েংগে খঙবা শারি। ওঝা অমনা থরা লুনা চান্না থম্বিরি হায়দুনা উশিং পৌওইদন অমুকস্তু পোঙজবা শারি, হেরা হৌজকমক য়াবৈ ঐগী ইতীক ইগুণ খঙহনগে লম্না তোকওই হাও মচা চীংমী!

[য়াবৈ মফি ভাখত্তুনা চঙশিল্লি, থাবলগা কুমারীগনা থাম্মী। চাংলেন য়াবৈ থরা থরা হন্দোক্লে ]।

কুমারী—করিনো ঙসি তৌনবিরিবসিবু ? ইস্ ওস্থোক্লা ইকাইজরেদা ঐদি।

[ কুমারী ঙাইহাক মরু লুকথৈ ]।

থাবল—হুম্ রাবৈ বাবু! ঐখোইবু মীনা য়াম্না মোক্লখিবা তারে। ইডুকেসন খরা খরদং ফংমরবা ঐখোইনা লম্বী সোরোক্লা তৌরিবা মতৌ অসিদি, ওস্থোক্লা ইকাইনিংঙাইগী মশক্লি।

রাবৈ—অ, থাবল বাবু! করিগী ইকাইনিংঙাইগী মশক ওইক্লগদগে ? বাংমা ইডুকেসনগী মঙাল ফংলবা চীংমী হাও মচাসে খরদং চুমথোকপীহোগে তৌবনি। অদুগা মসিদা সিষ্টরস্থু থোইনা রারৌবিরোই মিংজৈ।

কুমারী—অহোই ব্রদর, ঐগী ইরমগীদমক চিন্দা পাউদানবিবসি য়ারবদি, তোকপীরো। ঙসিদি, নচনস্থু খরা ইকাইবা নংউ, চোপ্পু তমথ্রমাল্লে, নচনবু ঙাকপীয়ু।

রাবৈ—উম্ ফরে, ঙসিদি, সিষ্টরগী মায় য়েংহুনা অস্থম তোক্লগে। অদুগা মতুংদদি মিষ্টর চীংলেন! নহাকসি চীংমী অমনি হায়বসি খক কাউগনু, মৈতৈ সমাজগী চৎনবী মুল্লা খঙগদবনি। মক্রবদি মতুংদদি—

চীংলেন—উম্ চুম্মি রাবৈ বাবু! চীংলেন্দি চীংমীনি। অদুবু চীংমীগী থম্মোয়' কোন্দা শাৎখ্রবী লৈরাংহুবুদি চীংমী মহাক্কী শেংলবনি। রাবৈ বাবুস্থু মসিমদি খক পুন্সিদা কাউবিগনু।

থাবল—অ, মথা অমুক তামরগুমসি কৈদোগে ? খল্লুবদা য়াম্না ইকাইদা।

চীংলেন–অহোই ফনি থাবল বাবু ! বারৌবিসু, ঐখোই থরা হাঞ্জরম্লগে।

থাবল—অহোই ফনি ফনি, লেঙবিরম্মো।

চীংলেন – চৎসি ইচন !

কুমারী – ফনি ইবুং, লেংঙসি।

[ চীংলেন কুমারী চৎমিন্নখ্রে। রাবৈ মথা চিক্রুমা লৈহৌই। অদুগা থাবন্না চীংলেন, কুমারী চৎমিন্নখিবদু মথরায় তামা য়েংলি ]।

রাবৈ– আঃ থাবল বাবু ! ঙসিগী নুমত্তা হাও মচাসিবু খুৎ থোক্লা ফুগায়হৌদবসি ওম্হোক্লা লানখ্রেদা, শল্লুবদা থরায়সি য়াম্না নুংঙাইরক্তে। সিষ্টর কুমারীগী মমাংদা থোক থোক হেক ফুগায়রম্লবদি থরায়সি পেল্লমগদবনিকো থাবল বাবু। আঃ ঙসিদি, থম্মোয়দা তাশোন্না হেক থিল্লম্মোইনা থোকইদা। শল্লুবদা য়াম্না নিঙম্মক্তে থাবল বাবু !

থাবল—কান্নদে রাবৈ বাবু ! হৌখ্রবা বানি, খিৎ নুংঙাইতবা তৌবিরমু। হেঞ্জিল্লুবদা নাতৈ কয়া চারোই হায়বসি উরহুনা থামজিঞ্জরবনি।

রাবৈ—উম্ ফরে থাবল বাবু, ঙসিগীদি হৌখ্রে। অদুগা তুংগী মথা চথনবা লম্বী অমতংদি য়েংগে হায়বসি ঐ চপচানা খল্লে।

থাবল—হুম্ ঙাইবিখো, ঙসি রাবৈ বাবুগী থম্মোয়দা তাশোন্না হেক থিল্লম্মোইনা থোকইবসি, ঙসাই মখোই অনিনা বাইখৌ পাত্তা হি হোল্লি, থরো হেক্রুনা চায়, নুংঙাইবা ফনি অমনি। পুন্সিদা থক কাউঙম্মরোই। মসিদা মত্রা রাবৈ বাবু ?

রাবৈ – অ, থাবল বাবু ! রাফমত্থ অমুক হন্না মিংশিংবিরমু, খোইদৌ শাউগৎপা অসুম অসুম হেমগৎলক্লে। খোই মতমদা চৈনা থিনবঙুম থোক্লে।

থাবল—হুম্ কান্নদে ঙাইবিখে, য়াবৈ বাবুগী খোইদৌ শাউগংপদু কোক্লবা ঐ লম্বী শিঞ্জরগে।

য়াবৈ—অগোই থাবল বাবু ; লম্বীদু ফরিমো অমুক্তং হায়বিযু তাজগে।

থাবল—ফনি, হৌজিক নুমিৎ তাদ্রবৈংসিদা য়াইথৌ পাৎ তান্না চৎলসি। অদুগা য়াইখৌ পাক্তা ইঙ্গ্লিংবী লৈশাবী অনিদং চুরুট পীথক্লনা হ তোংমিন্ননবা হেক্তা নেকউরসি। অদুদগী য়াবৈ বাবুগা ঐগনা হ হোল্লব, অদুগা লৈশাবী অনিদুনা চিবান্দা লাম-লামদুনা থরো খবদং হেকহল্লগা হাউনা থোক হেক চামিন্নরবদি, কমদোই য়াবৈ বাবু? চৌংলেন কুমারীগুম ঐখোই অনিস্থ ওইদ্রিবরা?

য়াবৈ—আঃ থাবল বাবু! ঐবু করেম্নবা য়াকৈনা অমুক ফাগি তৌবিরম্ব কেদৌগে? মরুপ্নি হায়না খনবিবা কৈ।

থাবল—হঃ হাঃ হাঃ·········য়ারৌবিম্ন য়াবৈ বাবু। নুংঙাইবিদ্রিবা ইকাই-নুংশি মৈশাদু খজিক্তং কাউনবা ফাগিদুম তৌজবনিদা, কান্নদে লেংঙসি।

য়াবৈ—উম্ করে থাবল বাবু। মতুংগী খুদোংচাবা কয়ামুক লাকখিনি।

মতমদুদা— ফনি লেংঙসি।

অস্থম হায়না য়াবৈ মথরায় য়াম্না নুংঙাইতনা থাবলগা অদুম্মক হনমিন্নখি।

# ৬ষ্ঠবা থৌদোক

শ্যামা সখিগী য়ুম্নি। মতম নুংথিল পুং মরিয়োম তাররকপা, থৌবাল কৈথেল কানররকপা মতম্নি। মাঙোন্দা চৌকি টেবল তরু তহেন্না থারি। মতুদা কুমারী ফমতুনা লাইরিক পারি। মতমসিদা কুমারীগী মমা সখিনা ইমুংদগী সাইরুক অমা পায়তুনা থোরকই। অতুগা "ইবেম্মা কুমারী!" হায়না কৌই। মতুদা মচা নুপী কুমারীনা "করি হায়গে ইমা" হায়না খুম্মি। অতুদগী মমামা অসুম হায়না হায়রকই :—

সখি—ইমা কৈথেন্দা ভা-থুম লৈবা ভাইহাক্তা চৎলুগে। লাইরিক্তু ভাইহাক্তং পারগনে, ঈশিং-মাইশিং খরা শোকচিল্লমউ। মংগী পাবুংশু ভসিদি, স্কুলদা ওফিসকী থবক য়াম্না লৈ হায়রম্মি। লাকপগা বারে হায়ররনি, অতুনা হোরেল নুমিৎ হেক তাবগা চাক থোংগৎনবা ইমা থুনা লাকে, অদুগা মবুং চীংলেনসু মহাক্কী লাইরিক ভাইহাক্তং য়েংলগা সোরোক ফাওবদং থোক্লুম্বা শল মপী মচাদু অমুক্তা য়েংবিরু হায়য়ুকো। ইমা থুনা লাকে।

কুমারী—হোই হোই ইমা।

[ সখি কৈথেন্দা চৎখ্রে, অতুগা কুমারীনা ইমুংদগী সনাবুল অমা লৌথোক্লুরে ]।

কুমারী—হো ইবুং! হো ইবুং! হো ইবুং হাওব!

চীংলেন—হো ইচন! করি হায়গে?

কুমারী—[নোকমি নোকমি তৌনা] অ, ইবুংবু লাইরিক পাতুনতা

লেম্নবিরগে হায়রব্রা ? ঝাকিংগী মতম য়ৌরে, মপান্দা লেঙ-থোকপীরকও।

[চীংলেন লাইরিক অমা পায়দুনা মমাং শঙ্গোইদগী থোরকই]।

চীংলেন—অ ইচন ! নবুং হাওবদি ঝাকিংগী ঝা হেক পল্লকপদা কোকচাওবী ফুং হেক্তা কারে। অদুনা ঝাকিং হায়বা ঝাহৈসি য়ারবদি পনবিরম্নুবা ইচন !

কুমারী—হঃ হঃ হাঃ·········নচন লৈজরিদা ইবুং ! ঝাকিং পনবদা করিমতা মুংশা থীবিগনু। ইবুং হাওব নংসে ওস্থোক্না নিপা মানখিদ্রেদা, মাগী ঝাবৈ হায়বদুনা করিবু তোজরনেগে ? মাগী মথৌ করি লৈদুনা, মতাক মথোনা কয়া ফদুনা ইবুংবু লাকচ-খুদুম চনগদৌরিবনো ? কিবরুগনু, নচনগী কাদদি, থীকনেম্বনা থা লাম্বগুম্বনি খন্দোকপীয়ু !

চীংলেম—অহোই মদুস্থু অচুম্বা মরম খরদি ওইরম্বা য়াই হায়না খঞ্জে। অদুদা ইচন !

কুমারী—"অত্তদা ইচন !" কৈদৌরবা ইবুং ? হায়বদি, মনাক্তা হৌবা পামেন্দা উরীনা য়েচ্চবদি, হৌনশানি। মসি মহাক্না খঙদদুনা কাইহৌজবনি। করিমতা কোকচাওবী কাবিরুগনু ইবুং ! নিপা মচা ওইবগী থৌনাদু খক মাঙহনবিগনু।

চীংলেন—উম্ চুম্মি ইচন ! নবুংস্থু অদুক হাক্না মীকিথী ওইজরোই। অদুম্বদি ওইরবদা, নবুংনা অস্রম খল্লুবদা, ইচনগীদমক পাম্বোম তিংবদা খজিক পাঙ্গল থোকপা য়াদবা মতাং অমা ওইখি। অদুমা ইচন !

কুমারী—অ, অদুমা কৈদৌরবগে ইবুং হাওব? মচন্দা হেক্তা হায়দোকপীয়ু কৈদোগে?

চীংলেন—উম্ ফরে ইচন, ইচম্নসু খওবীরবনি, অদুমকপু মতাংসিদা খরদং ইচনগী নফমদা হায়জহৌগেকো, নবুংদি লমদম পোইরে তামথ্রবা খয়াং হায়বা চীংজাওদুদগী ইহৈ তম্বা ল্যাকচবা তোল্লবা চীংমী হাও মচা অমনিদো ইচম! অদুনা হয়েং মতম অমদা, ইচনগী ইমা পাবুংখোইদা শোয়দনা রাথোক মৈশা লাংলক্তনি অমদি মৈতে চপ্পশিংগী তমথীনা মায়াহং কাহৌবা হায়বদু থোক্তান অদুগা অময়োমদা, নবুং হাওবগীদি চেংলৌ হেল্লবী ইচন নংবু ইমাং থানা হেক পুক্তবদা ইরাংবক ফবগী অরোইবান। অদুবু ইচন!

কুমারী—উম্ মদুদি ওসাইনা নংগা হায়জখ্রে। করি রানো ইবুং? মনাক্তা হৌবা পামেন্দা উরীমা মতাং চাবা য়েংদুনা য়েঙ্গগে থৌরাংজবনি। মদুদা পামেলদুনা লেওবিগদবা মরম থোইনা নৈতমাল্লে খঙ্গে! মসি ফাওবদা ইবুংনা অদুম চিংনবিরবদি:—

চীংলেম—উম্ চুম্মিদা ইচন! অদুম্নদি ওইরগা খল্লুবদা ওস্থোক্লা লুনা খোকখ্রে রাফমসে। নবুংগী কাদদি মসি অরায়বা মতাং অমা ওইংড্রে ইচন! অদুনা রারৌনগুমসিকো।

মতমসিদা কুমারী নিওবা কায়রগদ্রা খল্লকই। অদুদগী থম্মোই শোক্লা মপৃক্লিং য়াম্না নুংশি-নুংঙম্না অস্তুম্না হায়রকই:— "ইস, অহ্রদি ইবুং! করি রানো? লোইদাম থাজ অক্লমলোমগী মমাংদা মোংমা রাইথৌ পাংকী তনিক তনিকপা লাইজ ঈমায় থক্তা

ইবুংনা নৌ পায়দুনা হি হোল্লগা নচল্ল থরায় মুংঙাইনা হিমুংদা ফংদুনা লৈবাং থরে হেক্লুনা ইচিন ইপুরা য়ান্না হরাও-হরাওনা চামিল্লবা মতমদা মুংশি-মুংওল্লবন লমজাংখিদুনা হায়নখিবা অপাম কাদা য়ৌনসি, মুংশি কাদা থুংনসি অদুগা পুন্সিগী লৈপুল ওইমিল্লসিকো হায়নবু বাংথৌ লাংবেম্বা পন্দুনা পাম্মু-মুংশি রাশক পন্দোল লোল্লখিবদু ঙসি, ইবুংনা তরাই তরাইনা হেক্লো কাউ-থোকপীরগে থনবিরব্রা ? মুংশিনবগী রাশক পরৈ অদুবু অমেম্বা শীংদা চনবিরব্রা ? ইরাল লৈজন্দুবা মুজা ওইবী মচনবু পুন্সিগী মুংশি লমদাংবা কায়না-মৈশা লাংহল্লগে হায়না থোরাংবিরব্রা ইবুং ?"

মসিদা চীংলেম্না "নত্তে ইচন ! মদু লাল্লে, রাঝৌবিগনু । মদোমদা ঙাক্লো খনবীগনু, চুম্মা মুংশি-রাশক পন্দোল লোল্লখি । অদুবু ঙসিদি, লৌথুপ লোকোই লৈতনা ইচন মংঙোন্দা নবুং হাওবগী ইবুকচেল তিংনা শেংদোকচরগেকো ।" হায়না থুম্নকই । অদুদগী কুমারীনা, থোরাংনা "করিনো ইবুং রাকমদু শেংদোকপীরো, মচনবু অমুক অরা-মৈশা লাংতনবিরগনু ।" হায়না হায়রকই । মদুদগী চীংলেম্না অমুক্না শেংদোক্লকই :— "আঃ ইচন ! ঙসিদি, থম্মোয় কায়নিংঙই ওইখ্রেকো নবুং হাওবসু, মৈতৈ লমদমগী মুংঙাই-য়াইফ কোন্দা মনিংমখা তম্না শাচ্চবা শীঙেল লৈরাং তোমখিল অমবু মতৌ করম্না তোনখ্রবা চীংমী হাওব এগী ইথুংমক্লা হেক্লুনা চিল্লুগদগে হায়না খল্লুবদা ইপূক্লিংদা অকিবা অমদি অঙকপগা লোয়নন্না ভুজুং-মাজুং ফংঙকইগে ইচন !"

মতমসিদা কুমারীনা "আঃ ইবুং হাওব ! মদু হায়বিরগমুবা

কৈদোগে ? সুজা ওইবী নচনবু শায়বা থাং-থক্তা লেপ্লে ঙা ঙৌবগুম থোক্লগান” হায়না য়াম্না থম্মোয় শোক্লা অমুক্কসু হায়জরকই। মতুদা চীংলেম্না “অদুবু সুংশিরবী ইচল ! মথিক নেম্বনা কোয়ৌ থাজ লাম্বগুম নবুং হাওবগী ইকমদা থোকখিবা, ফুদিত্তা মাংজোং চোংবগুম নবুংগী শরুক ওইখিবা , খল্লুবদা, নবুংগী থম্মোয় মচেৎ মচেৎ কায়খ্রয়োই নিংঙকইনে ইচল। মতাংসিদা থোরবা তাশোম্না নবুং হাওবগী থবাক মতা ফবসিদা থুম্না হেক থিল্লকপগী চৈনাখোনদু থাঙবনা লেম্নদুম লাইবক থীরবা নবুং হাওবগী ইতীক ইপা ওইগদৌবোই খল্লক্লে। য়াখল মৈরা য়াঙদনা পামজবা মণি ফংগে তাল্লুবা, নবুং হাওবগী চাউরবা ইরাল ওইখ্রেনা ইচনও !” হায়না হায়রকই।

মতাংসিদা, চীংলেন কুমারী অনিমক থোইদোক্লা সুংশি-সুংওন্ন পিরাং-পিরোইমিন্নে। অদুদগী কুমারীনা “আঃ ইবুং হাওব ! নচনবু অরা পন্দোল লোমহর্ষবিরগনু কৈদোগে ? নচনবু তশেংনা সুংশিবিবা ওইরবদি, সুংশি য়াশক ঙাকপীয়ু। পাম্বোম তিংনা ইবুংগী থোনা উৎপীয়ু, মিঙচম্নবিগনু ইবুং! নত্রবদি নচনবু পাম্মু মশুং লাঙ্গি থাইনা মৈশা লাংজৌরগনি। মতমদুদা ইবুংগী সুংঙাই-য়াইফবা ওইবিগদ্রা ? য়াম্না মুন্না অমুক্তা থম্থবিয়ুনে ইবুং !” হায়না হায়জরকই।

মতমসিদা চীংলেন ঙাইহাক মরু লুকথদুনা খল্লি। অদুগা অঙৈংবা অতপ্পা য়াহৈনা অস্তুম্না হায়রকই :—“ঐনী সুংশি থোইরবী ইচল কুমারী ! নবুংবু য়ারৌবিগনুকো। মতমসিদা ঙাকপীক্কম থোক্তুবা, ইরালনা ইপোৎ ফায়বা, লাইবক থীরবা নবুং হাওবনা

ঙসি, ইচন নহাক্কী মকমদা থম্মোয় কায়রবা ইবাহৈনা ইমিত্তা ইপি তানা হায়জরিবদি ঃ—হয়েংমুক্কী মপোক লাংওন অমদা ইচিম ইপুবা, শীভেল লৈরাংগী জাত্তা পোক্লগা লৈখোক অমতদা শাৎমিন্নসি, কেমমিন্নসি। য়ারৌ শাগী জাত্তা পোক্লগা উমং থুদিং কোয়না চাক্তামিন্নসি। অদুগা পোস্বী চেক্রাগী জাত্তা পোক্লগমা পোম্বীগুম চিল্লোক্লসি, চেক্লাগুম চিন্দিন্নসিকো। হন্দক্কী মপোক লাংওন অসিদদি "হাও, মৈতৈ" হায়না জাতী তোঙানমখিবনা, অপাম কাদা য়ৌমনি নিঙদ্রে, মুংশি কাদা থুংমনি খদ্রে, পুন্সিগী লৈপুল ওইননি থাজদ্রে মুংশিরবী ইচন মৈতৈ চমু শকতেনবীও। অদুনা হন্দক মপোকসিমগীদি, বাংলবা মৈতৈ সমাজগী চৎনবী পল'সিবু ইমিং থিৎনা য়েংলম্লগা অসুম্মক পেন্নবা হায়বদু ওইমরসিকো ইচম!" হায়না হায়রকই।

মতমসিদা কুমারী মমিত্তুবী মপি ঈরা তরং তরং শিন্থরগা হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা য়াম্না থম্মোয় শোক্লা হায়রকই :—"ও ইবুং হাওব! মহু থক হায়বিরগনু কৈদোংগে? মদুগী মতমদু হৌখ্রে। মচনগী থম্মোয়সে খাঙবা ঙমদ্রে। অরা-মৈশামা পন্দোল লোম্লক্লে। মুংশি চাং তাহনবিগনু, মতমসিদা হায়জরি, মচনবু লায়র-কোম্মা শাৎপী শীভেল লৈরাংগুম্বীনি লোবিয়ু। অদুগা ইবুংমা মপুকোম্মা চাওরবা মীশক্তি খমবীয়ু। পাম্মু-মুংশি লাংদা থুখবী মচনবু অমুক অরা-মৈশা লাংহনবিরগনু। য়ারৌ শক্তি শঙাইগুম পাঙল শোল্লবী মুজা কুমারীনি। শাদামবশিংগী মুংশিহৈতবা পুকচেলগুম নচম্মা খোকহমবিগনু। পুন্সিগী মুংশি ঈয়াইদা নচনবু ঈরাক্লহনবিগনু।

মুক্তা মদোম চচ্চবা ভমজরোই কায়না মৈশা লাংবদা বাগনি। খুজেং পালোংবিবা য়াওদনা ইখোঙ থাংবা ভম্মোই। পুন্সি লমথাংদা লম্মুক্তুমা মাঙখিনি। নচনবু থাদোকপীগনু, তুংইঞ্জগে ইবুংগী" হায়না হায়রকই।

মতাংসিদা চীংলেন্না কুমারীবু মুংশিনদগী নাম্থোকপা ভম্নরোইদো-মাল্লে ওল্লদুনা হায়রকই:—"উম্ ফরে ইচন! অদু মঙাইরে। ইচনগী অরেপ্পা নবুকচেল নিংথিনা য়োন খঙজরে। হন্দকী মপোক লাংওনসিদা থোইযুম লাইনা ইচিন ইপুবাবু পুন্সিগী মুংশি নৈপুল ওইনৌ হায়না তমখ্রমাল্লে। অদুনা ভসিদি, পোলোইগী মুংঙাই-য়াইফ তম্লসি। করি হায়গে ইচন?"

চীংলেনগী বাইৎ খরসি তাবদা কুমারী মপূক্লিং মকা লাম্না হরাওজরকই। অদুদগী "ইবুং! চৌক্তিক্তি নচন অরা-মৈশা লাংজদ্রে। ওসিদগী চৌনা নচন এসে তশেংবা ইবুং হাওবগী ওইরবনি। অদুগা ইবুংবুনা নচনগী ওইরবনি। অমুক কাউম-রগুমসিকো ইবুং!" হায়না হায়জরকই। মদুদা চীংলেনসু "অহোই কাউনরগুমসি ইচম! নবু হাওব এসে ইচনগীনি। অদুগা ইচমবুনা নবুং এগীনি। মসি পুন্সিচুপ্পা কাউমদনবা, মপুগী থৌজাল মিরসিকো ইচন!" হায়না হায়রকই। কুমারীসু হরাও-হরাওনা 'অহোই ফনি, নিরসি ইবুং! মপুগী থৌজাল পীনবিবা ওইরসনু" হায়না খুমকই।

মতমসিদা চীংলেন কুমারী অমতা ওইমিন্নবগী মিৎয়েংনা য়াম্না মুংশি-মুংওন্না য়েংনজে। অদুদগী কুমারীনা "অচৌদি ইবুং! পুখ্রিদগী ঈশিং সনাবুল তসিমতা শোকচরুখিগে হায়না হায়রকই

অদুগা চীংলেনস্থ "ফনি শোকপীরু হৌরম !" হায়না থুমকই। মতম সিদা কুমারী ঈশিং শোকপা চংখ্রে। অদুগা চাংলেম্না কুমারীবু চিংনা য়েংহৌই। অদুদগী "আঃ হাওব চীংমী ইশুং লাঙ্গি নুং-াই-য়াইফ কোন্দ লাংওঞ্জরক্লবী, শেংপা চাবদ মনিঙ-মথা তোঞ্জরবী মৈতৈ চনু কুমারী! অঙকপনি, মহাক্কী নবুকচেল! মহাক্কী অচেৎপা বাশক! আঃ পোক্লকখিগদ্র মৈতৈ চনু নিংজোল মংগুম্বী ? খল্লুবদা অঙকপনি, মহাক্কী নবুকচেল! মহাক্কী অচেৎপা বাশক।"

তস্থম্ন ঙাইহাবং নুঙ কুমারীগী অহোংবা লৈত্রবা মবুকচেলবু থম্মোয় শোক্লা পাগৎলিঙৈ মতমাসদ কুমারী পুখ্রিদগী ঈশিং সনাবুল পুথুনা কারকই। অমুগ চীংলেন্দ হাইফেৎ মিৎচিনা য়েংলগা ইকাই নুং শ ওইন নোকফেৎ তৌজে। অদুদগী "অ ইবুং! এদ কাউথোকউরে। ঙসাই হমানা কৈশেল চৎলমদাইদা সোরোক ফাওবদং থোক্তুন শল মপী মচাদু অমুক্ত য়েংবিরু হায়রম্মী" হায়না হায়রকই। মতুদ চীংলেনস্থ 'অহোহ ফংম ইচন! য়েংজরুগে" অস্থম্না থুম্মকই। অদুদগী কুমারীদা য়াম্না নুংশি-নুংঙম্না য়ংলম্লগা থোকখি। কুমারীস্থ থোঙদোক্লা নুংশবগী মিৎয়েংন চিংনা চিংনা য়েংজহৌই। অদুদগী ঈশিং সনাবুল থম্লগা মথাগী ইশৈসি হরাও মোমোন তৌনা শকচরকই।

## ইশৈ

কায়না মৈশা লাংচন বিরনুকো নুজাবু
নুংশি বাশক পন্দোল লোম্নখিব-কাটবিম্নকো পাম্মুবা!
অপাম কাদা য়োনসি নুংশি-কাদা থুংনসি,

পুন্সিগী লৈপুল ওইমিন্নসি হায়নবু য়াশরুগিবা,
কাউনরুসিকো নুংশিবা! চন্দক মপোক লাংওনগী,
ফংজগে মঞ্জু' সেবা লাইবক চাউবী মনাওবু।

× × × × ×

মতৌ অসুম তৌনা নুমিৎসিং চীংলেন কুমারী অনি নুংশিবগী অরোইবা চাংদম উৎনখি।

# ৭শুবা থৌদোক

থৌবাল হোসপিটাল মমাংগী সেংয়াক্লি মতম নুংগিল নুমিদাং-য়াইরম, পুং তরুকলোম তারকপগী তঞ্জানি। মতমসিদা য়াবৈ মথুক্তা কোলেজগী মেগাজিন অমা পায়দুনা থৌবাল কৈথেল্লোমদা লাকই। অদুগা থাবলসু মথুক্তা নিউজ পেপর অমা পায়দুনা থৌবাল কৈথেললোমদগী থোং লান্থোকতুনা লাকই। হোসপিটাল মমাংদা মথোয় অনি থেংনৈ। মদুদা :—

য়াবৈ—ও, থাবল বাবু! কদোমদা লেঙবিরুবগে ঐদি য়ুমদসু হংজরুরে।

থাবল—ও, য়াবৈ বাবু। ঙসিদি হাইস্কুলদা ভোল্লি শান্নবা ঙাইহাক য়াওজরুরে। করিগী ওইরবনো?

য়াবৈ অ, হাও মচা চীংমীহু য়াওহৌব্রা থাবল বাবু?

থাবল —অহোই য়াওহৌই করিগী ওইরবনো ? ওঝা হেড মষ্টারস্থ য়াওনা য়াম্না নুংঙাইনা শান্নহৌরি।

রাবৈ—উম ফরে ঙসিদি, য়াম্না তান চারে। মহাকপু ঙাইদবা য়াদ্রে থাবল বাবু।

থাবল—অ, কৈদৌরবগেনে রাবৈ বাবু ?

রাবৈ—অ, য়েংবিউ থাবল বাবুস্থ। ডি, এম, কোলেজগী মেগাজিন্দা "নুংশি ঈপাক্তা" হায়বা আরটিকল অমা য়াওরি। মসি পারুবদা ঐ খোইদৌ য়াম্না শাওগংখ্রে। অদুনা মসি হাও মচাসে ফুগায়নবগী মরমদা থাবল বাবুগা অমুক্তা তানগে। তৌজবনি।

থাবল—ও, অদুদি ঐস্থ অমুক্তং পাবু-পাজগেনে রাবৈ বাবু। "নুংশি ঈপাক্তা" হায়রগা করি হায়রনা ইরম্নবগে ?

[ রাবৈদগী মেগাজিন লোহুনা থাবন্না পাহুনা য়েংই। মহুদি মখাগী অসিনি। ]

## "নুংশি ঈপাক্তা"

বাই :— চৌংলেন, কুমাম্নী

পাথঙ—হায়বীয়ু ঙমগদ্রা নুরা ওইবী ও !

মৈতৈ সমাজগী ঈথিল ঈরৈবু,

মথোক কারকপা পুন্সিদা মায়োক্নবিবা

অমদি পলেম পম্হৌগী চৈরাকপু......... ?

নুরা—বিধিনা তমখ্রবা লোংদম খোন্দি

কনা লৈয়োই ককপীনবা মত্নবু
খাঙজনি পলেম পম্ভোগী চৈয়াকন্ন
মায়োক্লজনি সমাজগী ঈথিল ঈরৈন্ন।
পাথঙ—থমবীহো মুয়া নুরা ওইবীও!
পুন্সি খুজেং পালোই-নত্রিবৈ,
কিদত্রা মৌনা কেমগশি অয়েম্বদা
খাংমু থকী-শীঙেল লৈরাংগুম,
নুয়া—য়াবিন্নু নুয়া মাগীদমক্তি
লেপচথ্রবা পূকচোন্ন অমুক হোংলয়োইদবা
লৈবীনু পাথঙ শমায়ত্নম-করিগুম্বদা
ঙাকপীয়ু হায়নখিবা য়াকম পুন্সিগী।
পাথঙ—ফয়ে পাথঙ পূকচেল লেপচয়ে
নুয়া ওইবীন্ন পূকচেল লেপ্লায়ো।
পাথঙ পুন্সি নুয়া মাগীনি
নুয়া' পুন্সি পাথঙ ঐগীনি।
নুয়া—নুয়া ওইবীন্ন পূকচেল লেপচয়ে
পাথঙ ওইবন্ন-পূকচেল হোংবিয়ন্নু
নুয়া' পুন্সি পাথঙ মাগীনি
পাথঙ পুন্সি নুয়া ঐগীনি।
পাথঙ—ফয়ে অত্নদি—লেংঙসি নুয়াও!
নিয়সি মপুদ-পুন্সি' লৈপুল,
করি হায়রগে নুয়াও?

সুম্না—কনি অহোই লমজৌংবিরো-মাঙ্গ ও!
পীনবিসন্নু মপুনা-পুন্সি' লৈপুল।
'ভুং ইঙ্গম্নগে মাঙ্গগী।

থাবল—উম্ রাবৈ বাবু! ফনা য়াম্না সুংশিং সুংওম্নবগী মতা-ঙুম্নদি ইনবম্মি। অদুম্নদি—ওইম্নবদা,—মসিদগী মরম হেক ওইত্নমা থবক চপ্থখিনি—হায়বদি খনবীরুম্নুদা। চুম্ন—পংই-ইনজম্নম্মিবা হায়বঙনি। মথোক কারকপা হায়বসিদি, রাবৈ বাবুস্থ ঐস্থ অসি মঙাই। মসিগীদমক থোইনা—সুংঙাইতবা তৌবিরুম্নুদা। অদুক মেগাজিনগী অমৌ অপোংকী লৈতেং ওইনবা, ইদুনা হেক্তা হাপচিল্লকপান হায়বা রাবৈ বাবু, কম্মি হায়গে? মসিদা ঐখোয়গী সুজা ওইবী সিষ্টর কুমারীমা লোইবী খম্লাং-চৌংজাও কানি-মক্তি-হায়দেদমা।

রাবৈ—ছম্ থাবল বাবু! থাজদবা তৌবিম্নুদা। ফাগি ওইমস্থ খনবীম্নু। শামা শিবমা থোঙ্গুন্দা মীমা শিবনা চিন্দা। মসি শোয়ত্রবা রানি—হায়নৈকো। অদুগা লহাল নোংমস্থ মখোই অনি ইম্ফাল কামিম্নরুই হায়বা পাউমিংথোল অমস্থ তাজৈ।
অদুনা—

থাবল—অগোই রাবৈ বাবু। অদুম মতাশিনবীয়ু। হায়ম্নিবম্নি রাফমত্নদি অচুম্বম্নি। অদুবু হন্দক্কৌ মতাংসিদদি,—হাও মচা চৌংমী মহাক্কী কম্নি মতীক লৈবগে? ওইগোক্তবম্নি—রাখম্নি খমবীয়ু। কম্নিকম্বা মগাক্কী মরাম্না মপোৎ কাম্নক্রবদি, নোংমদি শোয়মা হুরামবগী তরানি মপুনী নোংমা হা.নবচু ..াক্কবা

য়ারোই। মতং দুদা চৌংথী মহাকপু অদুম তাম্লোকখিরা মশামা তজবনি। অদুন থোক্না বাকনিংঙাই লৈতে হায়-জবনি। অদুগা ইম্ফাল কামিন্নকুবগী মরমদি: বি,এ, পাস তেক তৌবগ থবক মচা অমমমদং ফংনবা হায়দুনা মখোই অনিমক এপোইনমেন্ট এক্চেঞ্জদা রিজিষ্টর তৌখিবনি। মদুগী পন্টরভেট কোস তৌরক্লন চংমিন্নকুপমি, ইন্টর ভউস্থ পাস তৌরবান। থংক্কী অরেপ্প মদং অমতং খঙলগ মখুল হল্লাংদ চেংকন হায়রবনি, অদুনা থক শউংংগী খিন্ন অমুক্কা তপংবিথে হায়জবন রবে বব। চাক লাম্মে হায়না থুং আম থদুনা হুকপ্সরব গাংদে অরেম্বদ চাক হাদুনা শি-তোক্কন হায়রব রাবে ববু। কান্নদব হকচাং মন্নবা বানি খন্দোকপীন্নু হায়জবান, নুমং চুপ্প এন রাবে বাবুদা ফাগি তোবগী রখন্দ লেজবান রবে ববু।

রাবে—হুম্ থাবল ববু। এদ গুলাব নতুং মোলংব তাদুনা তেক্কন খঙ্গে। অদুন ঙাসমক থেক্কা থংনবা মফমদা ফুগায়নবা থোরাংস বেদোগে? খুদোংচাবা মাঙহনগুম স হায়জবান খবল বাবু।

থাবল—ঙহবাগে নে রাবে বাবু। ঙাসনক নত্রবস্থ তাঙ্গা য়াম্মা লাকখান বেদোগে? এখোযবু নছা চাদন ভুংচুব, পুংথাং শক্তনা উনা লেঙব, মনানা থেমাঙ শাবা হায়বদু তাদুনা অরেম্বদা চেপ্পুনা তোক্কানি হায়জবা রান। থরম্থ চাউ-থোক লেমথোকপা তমাস রাবে ববু।

[ মতমসদা চাংপেন থাংল থাংয়ায় য়োরকই। ]

ম্রাবৈ—উম্ ফয়ে ফয়ে, থাবল বাবু। লেংঙম্মো ঐ ম্রা অমা অনিদা-ঙাংনজরকখিগে। তুঃ অা থোংয়ায়দা—লাকপু লাক্লে —হাওমচা চৌংমীসে খম্রা হানবীরম্মো থাবল বাবু। ম্রা ভানবোই নিংখ্রুনি।

[থাবল, থোংয়ায়দ চৌংলেন লাকপা য়েংলি—। তাঙ্গাসিদা—ম্রাবৈনা মুংদ্রুম মচা অমা খুংগৎলগ খোংগ্রাওগী খাটদা হাপচিনখি]।

থাবল—অ, ম্রাবৈ বাবু। ঙসিমক ফুন-চৈনবীবা ফক্লেকো। চুম্রা মরুপ মপাং ওইনা নিংথি নিংগিম্রা ম্রাম্রী শানবীবগী মওংদা ফজমা লেম্রা চাংনশীয়ুকো।

[মতমসিদা চৌংলেন য়ৌশিল্লকই। ম্রাবৈনা অশাওবা ম্রাইনা ম্রাহৌই]।

ম্রাবৈ—অ, মিষ্টর চৌংলেন! অমুক্তা ঙাইবীখে। ঙসিদি, নিপা মচাগী থৌদাং—য়েংনখবা তারি।

চৌংলেন—হঃ হাঃ হাঃ.........করিনো ঙসি ম্রাবৈ বাবুনা ঐঙোন্দা মরম ইপক্ত শদেনা যাম্রা শাউবীবা মওংদা তাকপীরিগসিবু? ঐদি ওস্লোক্র অঙকপা অমা ওইনা থোকখ্রেনা।

ম্রাবৈ—উম্ হঃ হাঃ হাঃ... ..........মিষ্টর চৌংলেন অখঙবা মরম লৈতনা হায়ম্রিবনি। করিগী ঙক্রা থোকপীরিবনো? সে মরম হায়বীগে তাজো—

তাজো, করিস্নু লৈতব হাওমচা চৌংমী নহাক্লা মপুকোন্দা শাচ্চবী—শীঙেল লৈরাং অমবু হেক্তা তরাই-তরাইনা হেক্কে খোম্রাংলিবা। মতুগী মতীক ওকপা লাক্লগে হায়দুনা ঐ মফম-সিদা ঙাইরম্মিবনি, খঙলব্রা?

চীংলেন—উম্ য়াবৈ বাবু ! চীংমী হাও মচা চীংলেনসু মীদি মানি খনবীয়ু। খোইদোক্লা পংশাউ শাউগৎপীখিন্নু । নিপা মচা নত্তবগুম ইকাইদা—।

থাবল—হুম্ অমুক্তা ভাইনবিখো ! ভাংনরিবা য়াফমসে ফজনক্রে। মী তাখ্রগা য়ান্না মোক্লখিবা তারে । ফজ ফজনা লেন্না ভাংনবিবা ফৈদা।

য়াবৈ—হুম্ থাবল বাবু ! চুম্লগী হাও মচা চীংমী অমা ওইরবসু কুয়ালিফাইট ওইরবা গ্রেজুয়েট অমগী প্রেসটিজ—ভাক্লা অমদি ওঝা গুরু মশক খঙনা চৎকদবনি। মমাংতৈগী চাওখৎলমাক্রবা হাও নাইগী লিচত্তু চৎপা হৌমত্রা ? নমচত্তি হাও মৈতৈ শায়না অমুক খায়গদবা নত্তে হায়জবনি।

চীংলেন—উম্ হঃ হাঃ হাঃ............য়াবৈ বাবু ! অচুক হাক্লা পংতাকসু তাকপীগনুদা। হাও মচা চীংমী চীংলেন ঐগী ইপাসু লোইবী হায়বা চীংজাওচুংদি খুল্লাকপাম । ইমানা খুল্লাকপীনি। চীংগী নিংথৌ রাণীনি। মসি খঙবিয়ু। হৌনলংচৎকী শাজৎকী ময়মদা তমজনিংগাই কয়ামুক ওইবা মত্তনা অকায়বা করিগুম্বদসু ওইরোই । ইপা ইপুগী গুণ ময়োং তানবা মৈতৈ তম্পাক কুম্মক্লুমা হাওব ইহৈ তম্নবা নত্তে। মসি য়াবৈ বাবুনা য়াম্না মুন্না থাখল তৌবিগদবনি।

য়াবৈ—করি ? হাও মচা চীংমী মংগুম্বনসু মসিদা অমুক পারি পুরিগী মগুণ পন্দুমা মাপলগা লোয়মনা ভাংজবশারি। হাও

মচা চীংমী মংগুম্বগী পাউতাক পাউয়ৌ লৌবা মীয়া য়াবৈ ঐবু ? তানিংদে. নচিন থীবা য়াদু অমুক হন্না ঙাংগনু।

থাবল—আঃ য়াবৈ বাবু ! মিষ্টর চাংলেন ! খোন ওন্থোক্লা লুনখিদ্রে। মখা তানবিয়নু কৈদোগে ? মরুপ মপাং ওইবগী য়াহৈ অমতা য়াওমখিদ্রে।

চীংলেন— অহোই চুপ্সি—থাবল বাবু ! অদুগা মপুকোন্দ চাউয়ক্লবা মীশক অমনা মপুকোন্দা শাৎপী শীঙেল লৈয়াং অমবু মথুৎনা ফংনা চেক্কুমা চিনখিবদা থিংবিমবা কমাগী মতীক ওইয়োই হায়বসিমতং—য়াবৈ বাবুগী পুক্সিদা খক কাউবিগনু ! য়া-ফমসিদা অসুম লোইজয়গে।

য়াবৈ—উম্ হঃ হাঃ হাঃ··· ·····হায়, হাও মচা চীংমী। কয়ি ? নংগুম্বমসু সিষ্টয় মশুং লাঙ্গি—য়াবৈ ঐগা চাংদম্নগে খঙ্গব-শায়ি ? মিস্তা ঈ—কাডুনা—লৈরিবৈ তাপ্পাসিদা—অমুকস্ন—পুক্সিদা খক কাউগনু হায়বসু নচিন্দু থীবা শায়ি। হেয়া কৈ খঙগয়ি। হাওয়িংজেল নাইয়িংজেলগী নতীক নথোমাছু লৈয়গা কৌজিক য়াবৈ ঐগী মাঙসিদা নিপা মচা থোক্লা অদুক চৎখো য়েংগে।

চীংলেন—হঃ হাঃ হাঃ············থোইদোক্লা মোকমিংই। য়াবৈ বাবু! মতাংসিদবু চীংমী—হাওব—চীংলেম্না পাঙখিদ্রবা—মীকিথী—অমা ওইমা মায় লৈদুমা চেমখিমি—খমবীত্রা হঃ হাঃ হাঃ········ ···মদুদি সুমিংমা নোংচুপ মায়কৈয়োমদগী থোয়ক্লবা মতমদা খনবীগদবমি। হৌজিক্তি ওইথোক্কবনি—খঙবীয়ু।

মতমসিদা খঙহৌদনঃ য়াবৈনা খোংগ্রাউদগী মুংড়ম মচা অমা লোখোক্লগা চৌংলেনগী চুবা মাক্লম তম্না মায়োম্না শুখি। মদুদা চৌংলেমস্তু ভাওফিং ভাওফিং য়াবৈবু তাপ কোনশিন্দুনা নম্মী। অদুগা খুৎতুম্না মমায়দা অমুক অনি-য়ক্তুং শুখি। অদুদগী য়াবৈনা "মুক ওনখত্তুনা নম্মী। থুদক'সদ থাবন্না—"করিনো তৌরবসিবু"? হায়দুনা কন্না খাম্ব হোৎনরি ভাঞ্জাসদা পো'লোমদগী "মী শৎনরে, মী খৎনরে" হায়দুনা ময়াম অম চেনশিল্লকই। মদুদ হেড মাষ্টর শ্যাম য়াওরম্মী, মতমদুদ চৌংলেনসি মাক্লমগী মকোক্তা খরা থীনা শোক্তুনঃ থাবন্না রুমাল্ফি অমনা য়েৎশিন্দুনা লায়কম্লরম্মী। মদু উরদা হেড মাষ্টর শ্যামামা "ইস! ঐগী চৌংলেন নত্র? করিনো তৌরম্লিবসিদি? হা থাবল! য়াবৈ! করি মতৌনো তৌরম্লিবসি?" হায়নঃ চৌংলেমবু কোনখৎ-পীরম্মী। মদুদা মীয়ামদুস্তু চৌংলেনগী দমক্তা অবা-মুংশি শরুক লৌনবিরকই। অদুদগী মতাংসিদা, থাবন্না হায়রকই:—

থাবল—অ, ওঝাবু, করিগুম্বা য়াহৈ খরদগী য়াবৈ বাবুগা ফুনবনি। ননাই ঐনা থামজরম্লিবনি।

শ্যামা—আঃ য়াবৈ! নখোইদি হৌনব্রা? ওস্থোক্লা তমথানা য়েংশিনখ্রেদ। ফয়ে থাবল! হোসপিটালদা অমুক্তা পুশিনসি।

থাবল—অসোই ফনি ওঝাবু।

মীয়াম ফয়ে ফয়ে হোস'পটালদা অমুক্তা থুনা পুশিনসি। অদুগা য়াবৈবুনা কমদৌবা?

শ্যামা—[ খর শাউনা ] পুলিশ!

রাবৈ ওঝাবু ইছানা য়ানা চচ্চ্ব।

মতাংসদা, চৌংলেনবু থাবরা কেল্লগা হেড মাষ্টর শ্যামগা—মী খরগা লোয়নবা হোসপিটালদা পুশিনখ্রে। অদুগা রাবৈনা মী খরগা লোয়নন পুলিশ ষ্টেসন্দা চৎমিন্নখ্রে। অদুগ অমরোমদা হুমিৎসগী মুমদাং পুং তরারোম তাশিল্লক্লবা ফাওনদা কুমারীন মাঙ্গেন্দা লাইরিক পারগী মপাবুং অমসুং চৌংলেন হাঞ্জিল্লক্লে, কেদোবা য়াওরিবনে? হায়না মপূক্লিংদা চিংনব রাংল কয়ামুন পোক্লরডুনা ইমুংদা চাক থোংলিবী মমা সখিবু কৌদুনা হংলকই।

কুমারী—অ. ইমা! ইমা!

সখি—করি হায়বগে ইপেম্মু?

কুমারী—অ, ভসিবু ইমা! পাবুংগী অচিনব থবক করি লৈ হায়রম্বগে? হৌজক মুমদাংগী পুং তরারোম তাশিল্লক্লব ফাওব হাঞ্জিল-লক্কুবাসবু? অদুগ ইবুং চৌংলেনসু হঞ্জিল্লকপগী মখোল মরা তাদে।

[ সখি মপাল থোরকই ]।

সখি থোংদোকপ অচিনবা থবক লৈ-গদি হায়রমদেনা ইবেম্মা, ইমাদাদ। চাকসু লোইরবনি, অদুবু খঙদেনে ইবেম্মা করি তৌবা য়াওরিবনে। অদুগা নবুং চৌংলেনসু হাঞ্জিল্লকপগী মখোল মরা করিমতা-তাদে হায়বা?

কুমারী—হায় ইমা, ঙঞ্জিল্লকঅবদি ইবুংবু চাক চারগে চাক পীরো

হায়রগদবনি। অ, অদুগা ইমা! ওসাই য়াচংলকপগী তাঞ্জা অত্তৱাইদা ঐগী মিৎ পাম্বোমসি য়াম্না চোংখিনে ইমা। মতুদা ঐগী পূক্লিংসি য়াম্না চিংনবা পোকখি। অদুনা পাবুং-খোইদুবু ইমা!

সখি—উম্—অ, ইচাসিদি, করি তৌরমগদবনোদা! আ থৌবাল কৈথেল ময়াম রারী রাতাই শানদুনা লৈরম্মনি। হল্লকঅ-নিদা ইচাসিদি, কররিবু তৌরমগবনে?

কুমারী—থওদ্রে ইমা, ঐদি হৌজিক ফাওবা পূক্লিংসি ইচিং চিংনরি।

সখি—অ, চিংনরুম্নুদা ইচাসিদি, কররিবু তৌরমগবনো। চংওসি, নবুং চৌংলেনগী চাক শরুক্তু থম্বীরুরে, ইমা খিদোকপীরগে। অদুগা ইমা ইচানা নংগী পাবুং লাকপা ভাইহাক্তং ভাইখিসি।

কুমারী—হোই হোই ইমা, মতুমা ফরে চংওসি।

[ কুমারী মমা মচা ইমুংদা চওখ্রে। অদুগা কুমারীনা চৌংলেনগা চাক শরুক অড খুদোংননা পুতুনা মপাল থোরকই ]।

কুমারী—হুম্ হৌজিক ফাওবদা ঐগী পুক্লিংসিদা অস্রুম ইচিংদা চিংনবা পোক্লিবসিবু। অ, ওসি পাবুংগা ইবুং চৌংলেনগতুবু!

[টেবল মথক্তগী থাউমৈ লালটেলতু কুমারীনা মথুৎ-নাম্মনা পায়রে। অদুদগী চাক্তু থম্বীরুরে। মতম অসিদা মপাবুং শ্যামা থোঙ্গাম্না লাকপা উহ]।

কুমারী—অ, ইমা! পাবুংদি হল্লক্লে।

সখি—ও, নংগী পাবুং হল্লকএ হায়বা ইবেম্মা।

[ সখি মপাল থোরকই শ্যামাসু য়ৌরকই ] ।

অ ওসি, মাগী পাবুংবু অসুক থেঙনা হক্তিনবীরকপবু করম্বা অরুবা থবক নৈবিদ্রুনা ?

শ্যামা—উম্ অরুবা থবক অমগী ওন্না হেক লাকপা য়াদদুনা থেংওকপনি।

[শ্যামা মরু লুকথদুনা চৌকিদা ফম্মি]।

কুমারী—অ পাবুং ! কৈদোবা য়াওরবগে ? ইবুং চৌংলেনসু হৌজিক ফাওবা হক্তিল্লক্তি ।

শ্যামা—উম্ ইবেম্মা ! ওসিদি, মবুং হল্লকঅরোই। মবুংদি পৌবাল হোসপিটালদা লৈরেৌরে।

[ রাকমসি তাবদা কুমারী, সখি মথক্রায় য়াম্না রায় ]।

কুমারী—করি তৌরবগেনে পাবুং ? হায়বীরিবসিবু ।

সখি - ইচা চৌংলেমবু কৈদোরবগেমে, মাগী পাবুংনা হায়বীরিবসিবু ?

শ্যামা—অ, ওসাই য়াচংলকপগী মতম অদুরাইদা। থৌবাল থোংখোং মমাক, হোসপিটালগী মমাং অদুদা চৌংলেনগা রাবৈগা করিগুম্বা মুংঙাইমদবা বাহৈ খরদগী ফুনরম্রে। মহৃদা চৌংলেনসু মংকোক মারুমগী অদুরাইদা খরদং শোক্লুনা হোসপিটালদা পুশিল্লগা ডাক্তরবু লায়েংহন্দুনা থম্নম্রবমি। অদুগা রাবৈবুনা মরাম্না থৌবাল পুলিশ ষ্টেসন্দা পুড্রনা শিন্নরুরে। অদুগা মখোইগী অশেংবা রাকমদি হয়েং অয়ুক খওগনি।

কুমারী—পাবুং ! ইবুং হাওবত্রবু হোসপিটালদা মতোমতা থগ্নী-রম্লব্রা ? কনাগা নৈমিন্নগহৌরিবগে পাবুং ?

[কুমারী মথক্রায় য়াম্না রাদুনা চৌংলেমগী মনাক তাম্না প্রপ প্রপ হেক চৎনিংবগী রাথলনি]।

শ্যামা—অ, ইবেম্মা, ডাক্তরগী মী অমা অনিগা লৈমিন্নহৌই। ডাক্তরনা করি থোইদোকপা তৌরোই, হনবিখিবা য়ারনি হায়দুনা পাবুং হল্লক্লবনি ইবেম্মা। করি থোইদোকপা তৌরোইদা।

কুমারী—পাবুং! করি থোইদোকপা তৌবিদবা ওইসম্লুকো ইবুংদো।

সখি—খঙদ্রে নচা মুপীনস্থ ভসাই য়াচংলকপগী মতম অদুবাইদা মিৎ, পাখোম য়াম্না চোংখি। করি থোক্লগবা, হৌজিক ফাওবা পাবুংস্থ, ইবুং হাওবস্থ হল্লক্তে হায়দুনা হায়জরম্লিবনিনে। অদুগা—

শ্যামা—অ, করি থোইদোকপা তৌরোইদা।

কুমারী—পাবুং! ইবুংঙ্গবু কয়া থীনা শোক্লবগেনে?

শ্যামা—অদুক হাক্লা গোইনা পংশোক শোক্তেদা ইবেম্মা। নবুং হাওবদু করি থোইদোকপা তৌরোইদা। অ, নমা নচাবু চাক চারব্রা?

সখি—চাজদ্রে। মাগী পাবুং ভাইগাক ভাইখিসি হায়দুনা হমা ইচাম্ন.........

শ্যামা—উম্ ফরে ফরে। অদুদি, চংঙসি চাক চাথোকউরসি।

সখি—হোই হোই। অদুদি ইবেম্মা! লাইরিক্কা থাউমৈগসি পুশিল্লসি!

কুমারী—হোই হোই ইমা। পুশিল্লসি।

ইমুংদা শ্যামা সখিনা মাঙ থানা চংখ্রে। মতমসিদা কুমারী মমিত্তুগী পিগী ঈর তরং তরং শিন্থরকই। অদুগা য়াম্না থম্মোয় শোক্লবা বাহৈমা মচেৎ মচেৎ ওইনা অস্থম্না কায়রকই:—"আঃ ইশুং লাঙ্গীদমক্তেসিকো ইবুং হাওব!"

বাহৈ থরসি হায়রম্লগা কুমারীস্ত অদুম্মক ইমুংদা লাইরিক থাউমৈ পুশিন্দুনা চঙখ্রে। অরাবনি! চীংলেন মগুং লাঙ্গি মুজা ওইবী কুমারীগী পুক্লিং।

# ৮ শুবা থোঁদোক

মুংথিল পুং মরিয়োম তারকপগী মতম্নি। সখিনা মাঙ্গোন্দা ক্লাস টুদা তম্লিবী মুপীমচাশিংগী প্রোমোসন পরীক্ষাগী অইবা পাউ-থুম চে য়েংলম্বদগী "ইবেম্মা কুমারী!" হায়না কৌরকই। মতুদা কুমারীনা "করি হায়গে ইমা!" হায়না ইমুংদগী সনাবুল অমা পায়দুনা থোরকই। অতুদগী মমা মচা অনুম্না ভাংনরকই।

সখি—অ, ঈশিংদু শোকউরো ইবেম্মা। অদুগা ইমা-ইচা চঙদুনা মুমিং তাদ্রিবৈদা মুপীমচাশিংগী প্রোমোসন পরীক্ষাগী আন্সর পেপরশিংসে লোইনবা অমুক্তা য়েংথোকমিন্নসি, চৎলো চৎলো থরা থুনা কারকউ।

কুমারী—হোই হোই ইমা।

[ কুমারী ঈশিং শোকপা চৎখি; অদুদগী মতমসিদা শ্যামা স্কুলদগী মপুক্লিং থরা মুংভাইতনা হল্লকই ]।

শ্যামা—অ, সখি! কুমারী কদাইদা চৎখি?

সখি—পুখ্রিদা ঈশিং শোকপা চৎখি। করি হায়গে?

শ্যামা—উম্ চীংলোন্দ লৈব্রা?

সখি—অ, লৈরনি, হৌজিকরাইদা মখোল তাখি। করি হায়গে?

[ শ্যামা মাঙ্গোন্দা থাম্বিবা চৌকিদা চঙশিন্দুনা কম্মি ]।

শ্যামা—অ, নহাকমাই চীংলেনগা মাবৈগা ফুমখিবতুগী ময়মদা থীনা চিবোন চিবোন য়াম্না থীনা ঙাংনরক্লে। অদুনা মসিবু সখি।

সখি—অ, মাগী পাবুংনা হায়বীম্বিবসিবু, মীনা করি করি হায়না থীমা ঙাংনবা তাবিরবগে ?

শ্যামা—অ, মীনা থামা ঙাংনরকপা হায়ববু চীংলেন কুমারী য়াম্না লোম্না নুংশিনরম্লে ; মতুগীদমক মাবৈনা মিকাতুনা মখোই অনিগী নুংশিনবগী লম্বীসি থুগায়নবা হোৎনবদা ফুনবনি। অদুগা মোংমসু তাংজেং উচান পোকপী চীংখোঙদা চীংলেন মাবৈ অনিসি ফুনগে তৌখি। মতুদসু কুমারীগী মমায় য়েংদুনা তোক্লখিবনি। অসুম হায়না চিবোন চিবোন ঙাংনরকপসি ঙসিদি, ইনাসিনা তারবনি। মসিদা ঐখোইবু সখি, করম তৌসি হায়বগে ? অমুক্তা মুম্না খল্লু নহাকসু।

সখি—ইস অদুদি, মাগী পাবুংনা মসি য়ারিমখৈ থুনা নৌরিঙৈদা মনা মনিং নাইহনবিদনা চীংলেনবু চৎহমখিনবা লম্বী অমতং শীনবিবনা ফম্নোইদ্রা খঙ্গে ঐদি। অতবু মাগী পাবুংনা।

শ্যামা—উম্ চীংলেনদু নৈরবদি অমুক্তা লাকউ হায়রু।

সখি—অহোই কৌজরুগে।

[ সখি, চীংলেন কৌবা চৎখি। অদুগা কুমারী পুখ্রিদগী ঈশিং সনাবুল পুতুনা কাবকই। অদুদগী ইমুংদা চঙখ্রে, মতমসিদা সখিগা চীংলেনগা মমাং শঙ্গোইদগী থোরকম্মিম্লে। অদুগা মপাবুং শ্যামাগা

চীংলেনগা ভাংনবা যাকমদু কুমায়ীনা থোংজিল নক্রুমদা লোয়া লেপ্তুনা ভাই ]।

শ্যামা অ, চীংলেন ! নহাকপু বি, এ পাস তৌরে. হায়বসি খয়াংগী ইপা খুল্লাকপদা খঙহনব্রা ?

চীংলেন—অহোই ওঝাবু, চিঠি অমা ইতুনা থাজখ্রে। নরোল খঙলম্লগনি।

শ্যামা—উম্ অদুগা নহাকপু নখুন্দাদি থক চংনিংদ্রবরা ?

চীংলেন—য়াম্না চচ্চাবংঙ ওঝাবু। অদুগা ইম্ফালদা ঐগী নরুপ অংখুবাম্না মুমং মঙানি তরানিদং লৈমিন্নখিসি, অদুদগী ইখুলদা কোম্না চৎমিন্নসি হায়না চিঠি অমসু ইন্নকই ওঝাবু।

শ্যামা—উম্ ফৈ ফৈ, চৎলু চৎলু। অদুগা নখুন্দসু অমুক্তংদি চৎলুবা ফৈ। মতম কুইরে ইচানা খয়াংগী নখুল চত্তবা। অ, অদুগা ইম্ফালদ দ কৈদোউঙ চৎকে হায়রিবা ?

চীংলেন—য়ারবদি ওঝাবু নবাই ঐ হয়েংনক চচ্চনিংবনি। অদুবু—

শ্যামা—এ ফৈ ফৈ চচ্চরু চচ্চরু।

সখি—হোই হোই ইচাসিদি, নরুপকীদসু চৎলু অদুগা অা নখুন্দসু অমুক্তং চৎলুবা ফৈ। ইপা খুল্লাকপমা হরাওরমগনি।

চীংলেন—অহোই ইমা ওঝাগী অমসুং ইমাগী য়াথং মতুংইন্না চচ্চগে।

শ্যামা—উম ফরে ফরে। অদুদি সখি ! ঐসু সোরোকলোমদা ছাইচাক্তং থোকউখিগে। চাক ঈশিংত খরা চম্না হোৎনরমউ।

সখি - হোই হোই ফনি। অ অদুদি ইবুংঙো চীংলেন ! চৎলো চৎলো ইচাগী তোগদবা নথৌ তোজরুরে।

চীংলেন - অহোই ঙনি ইমা।

[শ্যাম অমসুং চীংলেন তুংথ-মাংথ অদুম থোকমিন্নখ্রে। অহুদগী কুমারী মপাল থোরকই ]।

সখি—অ, ইবেম্মা কুমারী ! নংগী পাবুংসু সোরোক ফাওবদং চথোকখ্রি। অদুনা মুমিৎ ঙেক তাবগা ইমা চাকথুম চঙমবা য়েন শাং-নাপী শেম্মু ব্রগে। ইচাগী মোনথুম-মপাল লোমবদু ঙসিমক লোইথোক্লবা খরা হোৎনোকো।

কুমারী হোই হোই ইমা লোইরনিদা ঙসিদি।

[ সখি ইমুংদা চঙখ্রে। কুমারী লৈহৌই। মতমসিদা চীংলেম তম্না অমুক কুমারীগী মনাক্তা লাকই ]।

চীংলেন—[পিরাং পিরোইনন ] অঃ ইচন কুমারী! বারেদা লাই-বক থীরবা নবুং হাওবদি।

কুমারী – কৈদোরবগেমে ইবুং ? পূক্নিং অদুক মুংশিবা বাতৈমা তাকপীরিবত্তবু ?

চীংলেন—ইচন ! পূন্সি পন্থুংদ্রিবৈ ঈরাক্নরে ; অরা ঈপাক্তা। লম্মুক্নরে মুংশি লম্বীদা। হাওব মদোম ককঙাওনরে। মসিবু ইচন !

কুমারী—ইবুং ! নচনবু রাহনবীগনু। কৈদোরবগে ? নচন্দা তাকপীয়ু।

চীংলেন—আঃ ইচন ! তোল্লবা নবুং হাওবদি, হয়েংদগী থোঙ-শানখিনবা ইমা পাবুংগী ময়াথং ফংজরে। অদুনা নবুং

হাওবগী ঙসিনা অয়োইবা মুমিৎ ওইয়ু তমথুমাল্লে ! মতম কুইনা তোল্লবা চীংমী নবুং হাওবগীদমক্তা মুংশিন্নবী ইচন্না য়াবিখিবা পূন্নমক য়ায়োবিগনুকো ইচন ! পুন্সি চুপ্পা মচুগী-দমক লম্মন তোল্লবনি তোল্লবা নবুং হাওবদি।

[ চীংলেনগী মরাহৈসি তাবদা কুমারী মপি শিন্থরকই ]।

কুমারী—করিনোনে ঙসি, ইবুংনা ফোংদোকপীরিবা য়াকম খরসিবু নচনগীদা লৈবিবসিবু মুংঙাইবীদ্রবরা ? করিগুম্বা মরম লৈরবদি মচন্দা শেংনা অমুক্ত হায়বীয়ু। মতমসিদা নচনবু অরা মৈশা লাংহন্নবিগনু ইবুং !

চীংলেন—উম্ ইচন ! করি মরমগীবু ওইগদগে। মীগী পাউনিন-খোল য়াহৈদগী ইমা পাবুংনা নাশোল ফংখরে। মৈবু ফিনা কুপ্পুনা থম্বা য়াদবগুম অমাদ থাজনা লৈচিন নোংফাই মরক্তগী ঙাম্বোক্লকপগুম ইচিন ইপুবা মুংশিনবগী লম্বী আস, লোক্তুনা থম্বা য়ারক্তে। অদুনা মতাং অসিরাইদ লাইথক থীরবা তোল্লবা নবুং হাওব ঐসে হয়েংদগী চৎপা তাথ্রবানে ইচন।

[মতমসিদা কুমারী অহোইননা পিরাং পিরোইনরকই। অদুদগী কপ্পা কপ্পা য়াম্না থখোয় শোকপা য়াহেনা মতৎ মতৎ ওইনা অসুম্না হায়রকই ]

কুমারী—আঃ করি য়ানো ইবুং হাওব ! পাঙ্গরমদাইগী অরা মুংশিগী মতাংদা নচনবু থাদোকপীরমগে খননবীরব্রা ? থাদোকপীরমগনু। য়াশক ঙাকপীয়ু। নচান্দি কনাগী ওইদ্রবনি। মসিদংদি

কাউবিগনুকো ইবুং ! খুজেং পালোইমবিতুনা মচমবু পুজিদা মুংশিনা লমজীংবিয়ুকো ইবুং !

চৗলেন -[ মপূক্লিং য়াম্না মুংশি-মুংওম্না ] উম্ ফরে অদু মওাইবে ইচন ! খোইয়ুম মাগী মোংদমখোল য়েংলসি । ওসিদগী তবেংনি হেক শুবা মুমিত্তা নবুং হাওব লাকচগে। মুমিত্তুদা খোঙশান্নবগী মতম ইচম্না পীবিয়ু । মসিদা করি কম্রি চিংনবিবা লৈবগে ইচন ?

[ মতাংসিদা কুমারী মপূক্লিংদা অম্ব-মুংশিগী মৈশা লাংচম্বদু খজিক কোকচৈ ]।

কুমারী—য়াম্না মুংভাইজরে ইবুং ! মচমগী চিংনবা ক্রিয়মতা লৈজরে। তাকপীরিবা মুমিত্তুগী মীচিক মীরাওখোল তারক্লেবা, মোংয়াই ঈচৌক চুম্নরবা মতম অংদা ইদুং হাওবগী তুংশ্লগে। নচমবু শোয়দনা মতমদুদা লাক্লগা খুজেং পালোইমবিদুনা পুবিগনি হায়না ইম অহিং লাইরেম্বী পন্দুনা মচমগী খুদোপলি চিক্লুনা অমুক্তা রাশকপীয়ু ইবুং ! অদু ওইরবদি .... ...... ।

[ কুমারীনা মথুং খুৎনিংথোদগী খুদোপ লোথোক্লুনা পী, মদুদা চীংলেনস্ু হরাও মুংশিনা কুমারীদগী খুদোপ লৌই ]।

চীংলেন—ফনি ইচন ! রাশকচগে। নবুং হাওবনা ওসিদগী তবেংনি হেক শুবা মুমিৎকী অহিং মোংয়াই ঈচৌক চুম্লবা মতমদা থম্মোয় শেংলবী এগী মুংশিয়বী ইচন কুমারীবু শোয়দনা খুজেং-পালোইমদুনা পুগনি। ইমা অহিং-লাইরেম্বীমা সাক্ষী

ওইবীয়ু। [ চীংলেন খুদোপ চীকই, ] অ, ইচনগী সু—
অমুক শকপীয়ু।

[ কুমারীদা খুদোপ অমুক পী। কুমারীসু অচুম য়াম্না হরাও হরাওনা লোই ]।

কুমারী—য়াম্না ফগনি ইবুং! শকচগে। ঙসি, নুমিৎকী ইমা অহিং
লাইরেম্বীনা থঙবীয়ু। নুজ কুমারীসু ইবুং হাওবগী তুংইঙ্গগনি।
[ খুদোপ চীকই ]।

মতমসিদা, চীংলেন কুমারী অমতা ওইবগী লেংলবা নুংশি মিৎয়েংনা থোইদোক্না চান্ন-চিন্নবা হরাও মোমোন য়েংনবৈজে। অসি-গুম্বা তাঞ্জাসিদা থঙহৌদনা ঈংলবা থাবলগী ঈপোমসু নংহৌ-রোইদবগী মতাগুম মায়থোং অনিবু উজনিংবগী ম্রাথল ওইনা অমংবা লৈচিম নোংচুমলক্তুগী মেঙবা থোংনা হেক ভাম্নোক্লক্লম্মী।

মতৌ অমুম্না চীংলেন কুমারী অনিসি নুমিৎ অসিদা য়াম্না নুংশি-নুংওম্নবগী লিচিংবা মপুন্সিগী অরোইবা ওইনা হরাও হরাও থম্মোয়নুংগী অরেম্না য়াশক লোনখ্রে।

# ৯ শুবা থৌদোক

তাংজেংগী উচাল পোকপী চীংথোঙনি। মতম মুমিদাং অথেংবনি। মতমসিদা হাওব চীংলেম্না মতোমতা ফম্লগা মথাগী অৱা-মুংশিগী ওইবা ৱাথলগী ৱাহৈ কয়ামরুম অসি, ফোংদোক্লি।

"ওস্পোকপনিদকো! হাওব চীংলেন ঐগী ইৱাইবকসে। আঃ চীংদা তোংবা হাওমী অমা ওইখিবমা ওস্পোক্লা লৈথা তানা তোনখ্রেদা মতমসিদা। মতৌ কম্বম্না ঙসিগা তৱেৎমি শুবা মুমিংকী মীচিক মীৱাওথোল তাখিদ্রবা, চীক্লা থেঙলবা অহিংগী মতমদুদা অমুক হম্না লাক্লগা ঐগী মুংশিজম্বী ইচন কুমারী মহাকপু তোল্লবা নবুং হাওবমা নথুং থুজেং প'লোইনদুনা লমদম কৈদা, কনাগীদা পুগদগে? থল্লুবা, মুংশিগী পোৎলুম্না অৱা পন্দোল লোমখ্রেনা মুংশিরবী ইচন কুমারী! আঃ মুংঙাই-য়াইফ কোন্দা লাংওঙ্বী মুংশিবী ইচম কুমারী। তোল্লবা নবুং হাওমী ইশুং লাঙ্গি পাঙ্গল শোল্লবী মৈতৈ মুক্তা নংদি ৱাগনি থনখিদ্রে পোইরৈ মৈত্রবাক সমাজগী ৱাংলবা কল্লবা পল উখিদ্রে। আঃ অঙকপনিকো মথোক কায়কপা পুন্সিদা লাক্লিবা কল্লব মুংশিগী ঈথিল ঈরৈ। কল্লিদকো নহাক্কী পাঙ্গল!"

মতাংসিদা অৱা-মুংশি পন্দোল লোমনখিবমা চীংলেম ঙাইহাক মরু লুকথদুনা ৱাথল তৌই। অতুদগী মথাগী ৱাহৈ থম্মসিমা ইশৈ ওইনা থাংঙমদ্রবা থম্মোয়-মুংগী কল্লবা মুংশি মৈয়িনা ৱায়-য়কপা অৱা-মুংশিগী মৈচাক ফোংদোকতুনা পোথাজে।

## ইশৈ

ঙুংশি মৈমা কমথিবমা
থাশক পন্দোন্দি লোম্লখ্রে,
হাওবমা করম পুশিগে ?
মৈতৈ চম্নুরা ঙুংশিবী !
থাখ্রেদা হাওবদি ।

তামখ্রে হাওবগী ইথুল
ওইখরে অরাংবা লোইবা চীং
করম পুশিগে হাওবমা
ঙুংশিবী মৈতৈ চম্নুরাও !
থাখ্রেদ হাওবদি খল্লুবদা ।

অসুম্না চীংলেন ভ'ইহাক ইশৈ শক্লুম্না অরা পোথারম্বদগী নিপা মচা অমা ওইবগী থোনা খরদং মপুক্লিংদা পোক্লক্লহুনা "উম্ ফরে । মপুগী মোংদমখোম্নি । ইথোনা কনা হাওবগী ইথোদাং অরৈবা চাং য়েংবা তারে । থোইদোক্লা অমুক অরা-ঙুংশিগী পন্দোল লেম্লুবা কান্নদ্রে ।" হায়না হায়রকই ।

ত'প্প্রাসিদা, চীংখাওদগী ওইনা মখাগী ইশৈসি হেক শল্লকই । মতমতুদা চীংলেন মপুক্লিংদা ভকলপ তুজুং-মাজুং তৌরকই । ইশৈগী মরোন্দি অসিনি ।

## ইশৈ

তাইবং মীরাওখোল তারক্রে
মোংরাই চনুক লোম্লক্লে

অচীকপা লমদম ওইরক্লে
হল্লো হল্লো মরামম্লাইদা
অবা পন্দোল লোম্লুম্ব
খোইমুম মাগী মোংদম্লি।
খওগনি পোলোইদা শোয়দনা
মুংঙাই য়াইফ পূম্নমক।
কাউগনু রাশক ঙাকপা
নংবু মংমা খওদবনা
রাবেদো চৌজিক মংদি
রারুম্ব খোইনা রারুম্ব।

মতমসিদা চাংলেম্না হায়রকই:—"হুম কনামোনে? হৌজিক শকখিবা ইশৈসিনা ইপূক্লিংসি চিংনদবা ঙমদ্রে। হুম্ মসি তংক্তং লাইরেম্বীনা তাইবং মীগী য়ারা খোঙ্জেলবু লোতুনা শক্রুক্লিবা ইশৈরা ঙসিগী অসিবু? হুম হাওব ঐ হল্লগে। ইপূক্লিংসি য়াম্না চিংনরক্লে। লমদমসি তংক্তং লাইরেম্বীগী মচ্ছাইকোন য়াকাপুংনি, মীচিক মীরাওখোল কম্নিমত্তা তাখিদ্রে। অচীকপা লম্লেন ওইরক্লে।

অস্তুম হায়না চীংলেন নিংজিং মাংজিংনবা মওংদা মপূক্লিং শ্বাম্না লাংতক্নুনা হল্লক্লে। অদুদগী মহাক্কী লৈফম মমাং শক্লোইগী কা অদুদা চাকম থকফম খওদনা অহিং নোংশোইবহুমা রামা মতম লেনখিরম্মী।

—

# ১০ শুবা থোঁদোক

নোংমাই ইতু য়ৌরক্লবা অহিংগী থেংলবা মতম্নি। কুমারীনা থোঙ ভুপ্না হাংদোক্লগা মপান্দা থোরকই। অদুগা কনাগুম্বা মী-পোং লৈত্রা হায়না কোইয়েং য়েংলকই। মতমদুদা কুমারীগী মপূক্কি দা খজিক থুকচানবগী বাখল অমা পোকখিরম্মী। অদুদগী অস্নুম্না মমিত্তা পিগী ঈরা তরং তরং শিন্থরদুনা হায়রকই:—

"ওসিমা ঐগী অরোইবা স্নুমিৎনিকো। মতমসি ইমা পাবুংস্না খোম্লেন তুমথুল চনখ্রে। মীচিক মীরাওখোলস্না তাখিদ্রে। চসি ইবুং হাওবদুবু লাক্লরোইদ্রমে? হায়নখিবা তরেৎনি শুবা কোরৌ শীংবুম স্নুমিৎকী মোংয়াই ঈচিক চুল্লকপগী বাংলেন পুংজাদুবু ব'ৎলিব্রামে মতমসিবু! নত্রগা চীক্লবা অহিংগী মতম ওইবনা য়াংদৌ লমখাঙদা ইবুং হাওবদুবু পূক্কিং বাখল লম্মুক্লদুনা লৈরবরা! অদুগ নোংমা ব'হৈ অসিমস্না হায়খি।" "মৈতৈ সমাজগী অথুবা লম্বী ওইনিনে ইচম!" হায়না। অদুবু স্নুজা ওইবী কুমারীদি, অহিং স্নুংশিদ মতম পুম্নমক্ক পাম্মু মশুং লাঙ্গি অর'স্নুংশি মৈশা লাংবতনা কাউক্কদবা ইশিঙ্গাং ওইরি। হা বিধি! নোংদম্বীরো। স্নুজাগী অরাবসি কোক-হনবিরো।" অদুদগী চাকৈহাক মরু লুকখদুনা থল্লি। অদুগা অমুক মথুং লোম্নদুনা গম্মোয় শোক্লা স্নুংশিনা অহিংগী লাইরেম্বী কৌদুনা হায়জরকই:—"ইমা! অচীকপা অহিংগী ইমা লাইরেম্বী! থৌজাল-বিরো। মচাগী অরাবসি কোকহনবিরো।"

ভাঙ্গাসিদা, চীংলেন, কুমারীগী মনাক্তা য়োম্লে। মতমসিদা কুমারী অকী অথং কোকুনা, হরাও-নুংশিগী ঈপাল লাংনা মোমোন ভৌজে। অদুদগী চীংলেন্না খরা শোম্বাংননা "ইচন কুমারী! নবুং হাওবা লাকচরে। খোঙশাল্লসি, খোইয়ুম মাগী মোংদমখোল য়েংলসি।" হায়না কুমারীগী মথুং খুজোং পায়। মাদুদা কুমারীনা "অহোই ফগনি ইবুং। লেংঙসি, বিধাতাগী মোংদম্লি।" হায়না য়াম্না মপুক্লিং হরাও-নুংশিনা খুমজে। অদুগা "ইবুং! খোঙশাল্লমদাইগী মতম অসিদা বিদায় অমুক্তা লৌশিসি।" হায়জরকই। মসিদা চীংলেননা ফনি ইচন লৌখিসি।" হায়না তরাম তরাম নুংশিনা খুম্নকই। অদুদগী কুমারীনা "ইমা! পাবুং! য়ুম ইমা ইবেন্ম! ঙসি, মপারী মমোম চচ্চরে। পুন্সিগী নুংঙাই-য়াইফ পীনবিয়ু।" হায়না ঝীক্লা ঝীক্লা কপ্লচনা বিদায় নিজরকই। অদুগা চিঠি অমগা থাদরম্মী। অদুদগী চীংলেন কুমারী অনিমক মমিত্তা পিগী ঈরা তরং তরং শিন্নুনা খুরুমজরম্লগা নুংশিনা খুজোং পালোইনবনা চৎমিন্নখ্রে। মতমসিদা ঈংনা, অচৌকপা অহিংগী মালংদগী ওইনা মথাগী ইশৈ অসি শরুকই।

## ইশৈ

য়াইফ 'কোন্দা শাচ্চবী
শীঙেল লৈরাং শকহেনবী,
মশাবী হৈনা ভুংইনখ্রে
খোইয়ুম মাগী মোংদম্লি।

কায়না মৈশা::লাংতুনা
লৈমন চন্দ্রা থারম্মী,
শীঙেল লৈরাং শকহেনবী
মশাবী হৈনা তুংইনখ্রে।

ইশৈসিগী লোইশিল্লকপা মমৈদা শ্যাম-সখি মঙফাওনরক্লে। মতুদা ভক্লা অমসুং ফিংনা থাউমৈ লালটেন অমা চুখৎলগা "কুমারী! কুমারী!" হায়না কৌথনা মপাল খোয়কই। অতুদগী খোঙ্গাল্লোমদা চাইগাক থিরুরগা হগিল্লকপদা, মাঙ্গোল ফমেনগী উখোকতেম মনাক্তা কুমারীনা ইথনা থম্লম্বা চিঠি অমা শ্যামানা ফংলম্মী। মতু পাৎনা য়েংলগা শ্যামানা মখবায় শোক্লা হায়রকই:--

"আঃ মহা লবাই মচা চীংনীতুগা শোয়দনা চৎমিন্নখ্রবনিনেসে। য়েংউ সখি! উরেদনা মহাকসু নচা সুপীনা ইদুনা থরম্লিবা চিঠিসে।" মাদুদা সখিনা "করিনো মাগী পাবুংনা হায়বিরিবসিবু?" হায়না শ্যামাদগী চিঠিতু লৌরগা য়েংই। ইরম্লিবা চিঠিগী মরোলদি অসিনি। ইমা! পাবুং!

নমোম্না নোল্লুক্লা থুরুমজরি। নমোম্বু মপারী মমোম শক্লা লাঙ্গোমবীরকপনি। পুন্সিগী সুংডাই-য়াইফ পীনবিয়ু। হসি, সুংশি-হৈনা তুংইন্না মমোম চচ্চরে। বিধাতাগী নোংদমখোম্নি। নমোম্বু থারোবিগনু।

মমোম কুমারী।

মমোম কুমারীনা ইথনা থম্লম্বা চিঠি অসি পাক্লবদগী, খঙহৌদনা সখি মপুক্লিং অরা-সুংশি-সুংওল্লকই। অতুদগী "ইস করিনো ভৌরিবা

সিদি? মাঙজরেদনা! ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! ইচাগী যাখলদুবু করিনো? হন্দক মপোক্কী লোইরেকো। আঃ ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! হো ইমাগী ইবেম্ম কুমারী! ইচাবু নতোমতা পোকপনি ছায়দুনা নিঙোল পিবা শক্লা অয়ুকী মুমিৎ ওই, অহিংগী থা ওই; য়াম্বা কোথোক-মোথোক্লা য়াক্লকপদি অাসরা? আঃ ইমাগী ইবেম্মা কুমারী।" অম্তুয়া হায়রকই মতাংসিদা, শ্যামানা "ছুম ঙাইপো সখি! তুমিন লৈয়ু। খল্লুবদা তু-মান চুংই। ইস হাই হাই ঙম্মিদ।" হায়না হায়রকই। অদুদগী সখিনা অমুক্তা মখা শমথরকই। আঃ ইমাগী ইবেম্মা! ইচাবু হাওদা ওংথ্রবনিকো! আঃ ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! ইমাগী ইবেম্মা! হন্দক মপোক অসিমগী অম্তুম লোই-রেকো। ইচাগী পুন্সি লোরেকো। আঃ ইমাগী ইবেম্মা! করি যাখল কোবগে ঙোরবা মতৌসিবু? ইমাদি মাঙজরেদনা। ইমাগী ইবেম্মা! ইমাদি মাঙজরেদনা।" অসি হায়না ক্র' ক্রং চোংদুনা মথরায় য়াম্না শোক্লা কপ্লকই।

কুমারীগী মতৌ অসিদা, শ্যামানা হায়রকই:—"আঃ অমুক্তা ঙাইখোনে সাখি! কৈদোগে? অহিং অসিদা মী তাথ্রগা লৈকাই সরা শনখিনি। কজিং কেবাও থাকপা য়াবা মতাং নত্তে। অমুক্তা তুমিন লৈখো।" হায়না খাম্মি। অদুগা "ইস ওস্থোকপনিদকো! কৈ মচাবু চাউনবা য়োক্লগা তক্তিন্দুনা মপু চায়, হায়বদু তৌথিবা। হুরানবা মীবু যুমশঙ কৈঙাক্লহনবা তাখিবা। ইস হাই হাই! ইপা ইপুনা মরোল লোনবা মীগা শঙ্গ তৌগনু হায়বদি মসিনা ওইরেকো। ওস্থোক্লা চুমথ্রেদা অহল লম্মনগী পাউরৌ। ইস খল্লুবদা

ওস্থোক্লা ইকাইখ্রেদা। ইস, হাই হাই ঙম্মিদা।” অস্নুম্বা অচুম্বা প্রমাণ পাম্থে কয়ামুকস্থ ঙাংলকই। মাহূদা সখিনা “অ অহুবু হৌজিক মাগী পাবুংনা করি হায়না খনবিরিবগে?” হায়না হংলকই। মতুদা শ্যামানা য়াম্না শাউনা খুম্লকই:—“কাম্নদে সখি! ঐ হৌজিকমক থানাদা চৎকনি। মখোই অনিমক পুলিশপু থিদুনা ফাহল্লগা মপুম্সি চুপ্পা ফাদোক-পীথোক্লবা হোৎনগনি। মহৃতদা নং ঐগী পেনবা ওইগনি। অদুগা এ ডি, এম, কোর্টতস্থ কবিগুম্বা মখোই অনিসি লৌন-লৈনবগী রেজিষ্টার তোগে হায়না লাক্লবদি, অমুক্তা ফাদুনা থম্বীরগা মরোল অমত্তা খঙহনবিরকউ হায়না দরখাস্থ অমস্থ থাজিন-খিগে। মদুদা মখোই অনিগী মতৌক মগুণ খঙলোইদ্রদো। হেরা কদাইদনো, মখোই অনিনা নাম্থোক্লুনা চৎখিগদবা?”

মসিদা “হায়ফম খঙদ্রে, করিনো তৌরিবা লাংওন মতাসিবু, মঙলা তাইবংলা? হা বিধী! ওস্থোকপনিদকো! ইস ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! ইচাবু হাঙদা ওংউ তমখ্রবরনে? আঃ ইমাগী ইবেম্মা! বারেদা ইমাদি। আঃ হাওদা ওংখ্রবনিকো ইচাবু। ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! হো ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! ইমাদি মাঙজরেদনা। ইমাদি মাঙজরেদনা।” হায়না মমোম কুমারীগী বাখলগী মৈনা সখি চোইরোল-পারোল ওইনা পংঙাংদ-ঙাংলকই। মতমসিদা শ্যামানা “কাম্নদে সখি! সে ঐ বা হায়গে। ঐ হৌজিকমক থানাদা চৎনবা থোরাং তৌরগে, ইমুংদা চংঙসি।” হায়দুনা সখিবু কোন্দুনা ইমুংদা পুশিনখ্রে।

অরাবনি খল্লুবদা, মমোম কুমারী মশুংলাঙ্গি শ্যামা সখি অনিগী তাইবংবান। খাঙমুখকী পুন্সি ওইনা মোংমদি, অসুম মাঙলগদ্রা হায়বগী রাখল্লা, থোইদোক্লা পোথাফম লৈতনা অরা মুংশিগী ঈপাক্তা মুংনাংজরিবা ! কনানা খঙগনি, মতুংদা মপুগী থৌজাল করি অমুক লাকখিগদগে, কনাসু হায়-ঙম্লোই।

## ১১ শুবা থৌদোক

লমদম হাওখা খুঞ্জিল চিথেক্কী সোয়োক্লি। অদুগা মতমদি উবদা, মঙানি পানবা থাজাগী তান্নমদাই ওইরবা মুমিদাংগী ঈংনা পূক্লিং মুংশিরবা মতাংনি। মী অচৎ-অওক্কী তাল্লক খরদং থোকখিবা তাঞ্জানি। মতুদা হেড মাষ্টার শ্যামাসি মমোম কুমারীগী অরা-মুংশিগী রাখন্না অঙাওবগী মতৌগুম মতোমতা চৎথোকলুবদগী ময়ুম্নদা হল্লক্লম্মী। মতমতুদা অরাপ্পা লেমখুল চীংমায় নাপোমলোমদগী ওইনা অচীকপা লৌবুক লমহাং লাম্হোক্লুনা মিরবা খোঞ্জেলগী মুংশিরবা খোল্লাউ ঈপোম খরদং হেক লাকখি। মতুদা শ্যামা ভাইহাক লেপ্তুনা মপূক্লিং চঙনা তান্নম্মী। অদুদগী খঙহৌদনা, শ্যামা মমিত্তুগী পিগী ঈন্না তরং তরং শিম্থরতুনা থাবলগী ঈপোমগা মায়োক্নখি। অদুদগী থাবলগী মেঙলবা ঈপোম মঙালম্মু অদুম লোইখ্রে। হায়রিবা মুমিৎসি চীংলেন কুমারী অনিগী ঈ পাউ তাখিদবা তরা-মঙানি শুবা মুমিৎনি। অদুগা লাকখিবা ইপোম রাহৈ খরতুদি মখাগী অসিনি।

### ঈপোম রাহৈ

অঙকপনি তাইবংবান লাংওন
কয়াদা নিংথিরুবা মালংবান!
তাউহনখি মুংঙাই-য়াইফ অরা-অনং
মপুগী মালং-ঈপোম লাকপদা।
ইমোম লাংলেন চরৈহল নংবু

'পারী 'মোম শক্না থম্বনিদো
য়াইফ কোন্দা পলেম পন্থোগী
মেঙলবা থাজাগুম লংলবা নুমিৎকুম।

নোংদমখ্রে নোংয়াই ঈচৌক হুল্লকপদা
মঙলানগুম তাইবং শেম্বা মপুনা,
শকহেনবী নুরা লাইবক চাউবীদো
ফোংনা লোক্তুনা থম্বা শক্তমদা।

তাক্লখিনি কোরৌ শীংবুম অমদা
পোইরৈ মৈত্রবাক্কী রায়েল শঙদা,
ঙানগনি 'পারী ইমোল য়াইফনা
খোইরুম মাগী নোংদম্নি রাগম্ন।

মালংগী খোল্লাউ ঈপোম রাহৈসি হেক লেপখিবদ', শ্যামা য়াম্লা ঙক্লা "হুম্ হৌজিক থেঙলবা নুমিদাংগী চৌক্লবা অহংগী মতমসিদা ঈংনা তাম্লা তাখিবা খোঞ্জেলসি মপুগী নোংদমখোম্ন তাংল্লকইত্র ? হা বিধি নোংদম্বা! ইচা নুংশিবগী নৈনা ঙাওরবা ননাংবু কদোমদনো অমুক্কা লমজীংবিয়ু। ননাইনা মিজার নহাক্কী থোজাল!" অসি হায়না খোঞ্জেল তাখিবা মায়কৈরোমদা শ্যামা মথুং লোম্নহুনা চংখ্রে।

অদুগা মতমসিদা, সখিস্থ মমোম কুমারীগী অর-নুংশি' রাখল্লা অঙাওবীগী পান্দমগুম, মাঙ্গোন্দা "আঃ ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! ইমাবু কররুম্না কাউসিগে। ইমাবু নৈফম চাফম থঙজিল্লক্তে। ইমাগী

ইবেম্মা কুমারী! নহাক্কী খল্লুবদা, ইমা ভাওরে। করি মতৌনো তৌরিবসিবু? ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! আঃ ওন্থোকপনিদকো হা বিধী! নোংদম্বা! মঙলা তাইবংলা, করি মতৌনো তৌরিবসিবু? ভসিগা থানা মুশিং পীংবুম তরা-মভানি শুক্তিল্লক্লবা ফাওবা ইচাগী করিগুম্বা মরা মপাউ অমতা তাখিদ্রে। আঃ ওন্থোকপনিদকো হা বিধী! অরাবগী শরুক ওইয়ু তমখ্রবোই।” হায়না তেংথাবগুম কপ্লি।

মতাংসিদা, শ্যামা হঙ্গিল্লক্লে। অদুদগী হায়রকই :—“উম সখি! কান্নদে। পূম্নমকসি মপুগী নোংদমখোন্নি। নং ঐ থোইনা পংর-রানুসি। অস্তুম খন্থরুরবদি য়াম্ন ভাওরনি। তাইবংবানসে মীগী খুৎশেম্না অমা, লাইনা তম্বনা অমা। মসি মহৌশানি। অদুনা অরোইবদা মপুগী থৌজাল ভাইবা তাবনি।” রাফম অসিদা, “অহোই চুম্মি, মাগী পাবুংনা হ য়বিরিবদু। অদুবু ইচানিনা, রারোই, নুংশি-রোই হায়না খনবদি ভমদে। নোংম নোংমগী কাউভমদ্রবা অর-নুংশিংগী পোলূম মৈশাদি অস্তুম অস্তুম হাপকৎলকহ থোইনা। মসিদবু করম্না—” হায়না সখিনা খুমজরকই। মতুদা শ্যামানা “উম্ সখি! ঐ ভসিদি, কোকসি য়াম্না শারে। অরেম্বনি মতু খক খল্লুরনু। অ, য়েংউ ভসি, স্কুল ছুটি থারমদাইদা এ, ডি, এম, কোর্টতগী পুলিশ ষ্টেসন্দা ফোন তৌরকপগী রাফম অমা সিফাই অমনা খঙহল্লে। অদুগা পোষ্ট ওফিসতগীসু চে অমা থুংলে। মসিদুম পাঙথোক্লবা অমুক্তা খন্নসি। মসিদা ঐসু কোকসি ভাওরনা পংচৎ-চৎলুরে। য়ুমদা হঙ্গিল্লকনি হায়বা ফাওবা কাউরুরে।” হায়না হায়রকই। মতুদা সখিনা য়াম্না খোরাংনা “অ রারোল রাফম্বু

করি করিনো ? অমুক্ত হায়বীয়ু, । করি তৌরবগে ?" হায়না হ'জরকই । মতুগা শ্যামানা অসুম্না খুম্লকই । "উম্ বাযোল রাক্রম হায়ববু, ভসি, অয়ুক পুং ১১ তাবদা এ, ডি, এম, কোর্টতা চীংলেন কুমারী লোন-লৈনবগী মরীদা রেজিষ্ট্রার তৌগে লাকই ; ওবজেকসন লৈত্রা ? লৈরবদি, হয়েং অয়ুক পুং ১০ দা কারকউ, অসিনি । অদুগা অমনা ডিভেলপমেন্ট কমিসনারনা খোবাম ব্রোক্কী ওইনা চীংলেনবু ডিপুটি ইনস্পেক্টর এফ স্কুলস হাপ্লে । অদুগা কুমারীবুনা লেডি সোসিয়েল ইডুকেসন ওর্গেনাইজর থল্লে ; হায়বগী এপোইন-মেণ্ট লেটর থারকপা । অসিনি সখি ! অসুম খল্লুবদা, য়ামনা খোইদৌ শাউগৎনবা মচাক ওইনা লোকপা মনম মনম, অরাবগী মথক্তা অরাবা, সুংভাইতবগী মথক্তা সুংভাইতবা, শাউনিংবগী মথক্তা শাউনিংবা ভাক্তা শুনা, পূল্লরে, মতম তাঞ্জা অমতদা । সিবু ।"

রাকমসি তাবদা সখি, থনক্রম খঙত্রদুনা হায়রকই :—"ইস করি উপায় লৈরি ? মাঙজরেদনা ইমাগী ইবেম্মা কুমারী । করি রাখল কৌবগে ? আঃ ইবেম্মা কুমারী ! ইমাদি মাঙজরেদনা" মসিদা "উম সখি ! খল্লুবদা, ওম্ফোক্না চাকখ্রেদা থরায়সে । ইস হাই হাই ! ছুংনাও মচাবু লুনা চান্না তৌরবদি, লৈতেল লেকপা শোয়দবনি হায়বা ওম্ফোক্না চুমখ্রেদা । ছুম কাংদে সখি ! মতম লৈত্রে । ঐ হৌজিক্তগী হোনা ইম্ফাল চৎলগে । অদুগ য়ারবদি, মখোই অসিমক মপুন্সি চুম্না ফাদোক পীগোক্রবগী লম্বীদু টকিল-শিংগা তাংক্রগে । মদুদা খঙগনি । মহা লবয় মচা চৌংমী, মহা ওক্তবী । মতীক ওকপা লাক্রগে খঙগনি । হেরা ....." হায়না

শ্যামাসু য়াম্না মথৱায় চাক্লা শাউনা হায়রকই। অদুগা সখিসু মতাংসিদা, শল্লুবদা মথৱায় প্রোক প্রোক চাক্লা অৱা-মুংশি মৈশা লাংলক্লুনা "আঃ শুন্থোকপন্দিদকো, ইমাগী ইবেম্মা, হো কুমারী! ইচাদি হন্দক মপোক অসিমগী লোইরেকো! আঃ ইমাগী ইবেম্মা কুমারী নংবু হাওদা ওংখ্রবনিকো! আঃ.....হো ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! ইচাবু হাওদা শুংখ্রবনিকো! ইমাখোইদি পেল্লে। ইচা নিঙোল অমতং পোকচবগী মুংঙাইবা হায়বদো অসিবাই মঙাইরে ইহাকথক্তা। ওঃ ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! হো ইমাগী ইবেম্মা কুমরী! হো কুমারী!" হায়না ফ্রং ফ্রং চোংনা কপ্লকই।

অসিগুম্ব মচাগী অৱা-মুংশিগী মৈচাক থাঙবা ভমজদ্রবী সখিগী মতৌসি উবদা, শ্যামানা "তম ঙাইখো সখি! হৌজিক চোইরোল পারোল লোনবগী মতম নত্তে। অমুক্তা তুমিন্না লৈখোসে। নহাক্না অসুম্না চোইরোল পারোলগুম কপ লাউবগী খোঞ্জেলসি তাখ্রগা মীনা য়াম্না থীনা নোক্লখিনি। ইকাই, অমুক্তা তুমিন্না লৈখোসে সখি। ঐ য়াম্না হৈনরক্লে।" হায়না সখিবু খামজিল্লি। অদুবু থাম্না থাম্না মচা মুপীগী অৱা-মুংশিগী মৈচাক্লদি অসুম অসুম অহোই-নরকপনা সখি অঙাওবীগী পান্দমগুম অমুকসু "হো ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! হো ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! আঃ হঃ হাঃ হাঃ...... ইচাবু হাওদা শুংখ্রবনিকে! আঃ হঃ হাঃ হাঃ......ইমাগী ইবেম্মা নংবু হাওদা ওংখ্রবনিকে! হো ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! হন্দক মপোকসিমগী লোইরেকে। আঃ ইমাগী ইবেম্মা কুমারী! ইমাদি মাঙক্লরেদনা। আঃ হঃ হাঃ হাঃ ..........মুংঙাইরে মুংঙাইরে ওঃ

হেঃ তাইবংবাম ! হয়াওবা মফাং মফাং নুংশি মমম মমম, অয়োইবদা, হা বিধী ! অবাবগী শরুক্রা পোংলুম ওই ! হঃ হাঃ হাঃ...........নুংঙাইয়ে নুংঙাইরে । ইমাগী ইবেম্মা কুমারী ! ইচাবু হাওদা ওংখ্রবনিকো ! আঃ হঃ হাঃ হাঃ..... ...অসিরা, মপুগী থৌজাল ?" হায়না তেংথারম্বদগী খঙহৌদন', অতুম লৈমায়শক্তা রান্থখ্রে । মসিদা শ্যামানা মথরায় য়াম্না রানা আঃ করিনোনে সখি ! তৌরিবসিবু মঙলা তাইবংলা ? ঐস্থ মফম মরাং খঙজিল লক্তে । সে করিমতা রারুম্নু, ইমুংদা চঙসি । মপুগী থৌজাল লাকখিনি । সে ইমুংদা চংঙসি করিমতা রারুম্নু ।" হায়না সখিবু য়াম্না নিংথিনা তুপ্না কোমখৎপিরম্মী । অদুদগী ঙাইহাক্তুং লৈরগা সখি লৌশিং থরদং তারক্লুনা মমিৎ পাঙথোকচরকই । অদুদগী অতুম শ্যামানা সখিবু নিংথিনা কোমবিরগা "ইমুংদা পোথারুরসি" হায়না পুশিনবিখ্রে ।

অবাবনি ! খল্লুবদ', কয়াদা কনখ্রবা ! শ্যামা সখি অনিগী মচা নুংশিবগী অরা-মৈচাক মতমসিদা । অদুগা অমুক মখোইগী তুংগী পুন্সিনা করি ? কনানা খঙগনি । মদুদি মপুগী থৌজান্নি । পূম্নমক হৌথিনি, লাকখিনি, লোইশিনি । অসুম্ন মথং মথং তাইবংবান অসি লোংমদি ।

## এম, ডি, এম, কোর্টনি।

### মতম্না অয়ুক পুং ১০ নি।

গেটতা ওফিস চপ্রাসি অমা লেপ্তুনা লৈ। অদুগা কোর্টকী অঙম-অথৌ মাজিষ্ট্রেট অমসুং পেচকার পি, আইনচিংবা ওফিসারশিং চঙলকপদা চপ্রাসিনা সলাম তৌই। অদুদগী পেচকার অমদি কোর্ট পি আইনা চীংলেন, কুমারীগী মরমদা কেশ মথং চত্থনবা মাজিষ্ট্রেটতা ফাইল চেশিং লানশিল্লি। মাজিষ্ট্রেটনা লানশিল্লক্লবা ফাইল চেশিংড় য়েংলিঙৈদা কোল্লিং-বেল খিংলক্লুনা মাজিষ্ট্রেটনা ফোন পায়থক্লুনা তায়। অদুগা "এস. এস, ও,—অ, এস, এস" হায়রগা ফোনদু অমুক থমখি। অদেগী "পেচকার! মী শুনা প্রেজেণ্ট ওইরব্র?" হায়না হংই। মদুদা পেচকারনা "এস য়োর ওনার" হায়না খুম্মী। অদুদগী মাজিষ্ট্রেটনা "উম্ এস পেচকার!" হায়রকই। মদুদগীদি পেচকারনা অসুম্না কেশ মথা চত্থবা হৌরকই। পেচকার–ওরাংগী চীংলেন কুমারীগী কেশ মথা চত্থনবগী মরমদা হৌজিক পি, আইগী করি ওপিনিয়ন লৈবিরিবগে?

[মতম অসিদা হেড মাষ্টর শ্যামানা নাকল অমদা অদুগা চীংলেন কুমারীনা নাকল অমদা লৈরম্মী]।

পি, আই—য়োর ওনার! সেকসন ৩৬৬ আই, পি. সি (Cr.P.C.) গী মতুং ইন্না চীংলেন কুমারীগী মথক্তা কারগুম্বা ষ্টেটমেন অমতা লোখৎনিঙাই লৈতে। ইট ইজ মাই ওপিনিয়ন, য়োর ওনার!

মাজিষ্ট্রেট—ও. এস। ইজ দিয়ার এনি ওবজেকসন ?

পেচকার—অ, মতাংসিদা কনাগুম্বা ওবজেকসন তৌবিগদবা য়াওরিব্রা ?

শ্যামা—য়োর ওনার! ননাই চৌংলেন কুমারী অনিগী শাজং-লিচং অসি, ঐখোয়গী মৈতৈ সমাজগী চৎনবীদা তমথীবা মায়থিং কানিংঙাই ওইবা লম্বী অমনি। মরম অসিনা য়োর ওনার! য়ারবদি, ননাই অনিবু মপুন্সি চুপ্পা জেল পীবিয়ু হায়না হঙ্গংচ্চরি।

[মাজিষ্ট্রেট মহক হায়রকই]।

মাজিষ্ট্রেট—নো নো, হেড মাষ্টার! ইন্দিয়ান কনষ্টিটিউসনত অমটচ এবলিটি—এক্ট ১৯৫৫ ইংগী মতুংইন্না - শোক্ল-পন্ন-য়াদবা, অশেং অমাংগী রাফম অদুগা লৌন-নৈনবা য়াদবগী রাফম ক'রমত্তা য়াররোই তৌজিক্তি। অদুনা হেড মাষ্টার!

শ্যাম—ইস অদুদি য়োর ওনার

মাজিষ্ট্রেট—নো হেড মাষ্টার!

[হেড মাষ্টার শ্যামা মরু লুকথখি। অদুগা মতমসিদা, খল্লাংগী খুল্লাকপা কোর্টতা চঙলকই। চপ্রাসিনা খাম্মী]।

চপ্রাসি—হো ইপা হাওব! কদাইদা চঙগদৌরিবনো ? চঙবা য়ারোই, হন্দোকউ হন্দোকউ, অমুক্তা থুনা হন্দোকখো।

খল্লাং খুল্লাকপা—ইবুংঙো বাবু! ঐ হাজুরদা ননাই চৌংলেনগী মরমদা করিগুম্বা ব'রম অমত' হঙ্গচ্চ:গ তৌবনি, য়ারোইদ্রা ?

চপ্রাসি—উম্ ঙাইখো ইপা হাওব। চঙবা য়াথিরোই।

পেচকার—করি হায়রিবনো খুরা ?

চপ্রাসি—অ মনাই চীংলেনগী মরীদা করিগুম্বা য়ারোল খরদং হঙ্গচ্চগে হায়দুনা অচল ওইরবা নমাই চীংমী অমখক লাকচরি।

মাজিস্ট্রেট—উম্ এস চঙ্গহল্লকউ চঙ্গহল্লকউ।

পেচকার—চঙ্গহল্লকউ য়ামি খুরা।

চপ্রাসি—চংবিরে য়ামনি ইপা হাওব।

[মতমসিদা খুল্লাকপা চঙখ্রে। অদুগা মখুৎ লোম্নদুনা মাজিস্ট্রেটতা "সলাম তৌজরি হাজুর!" হায়দুনা সলাম তৌই। মদুদা মাজিস্ট্রেটনস্তু "উম্" হায়না সলাম ওকই]।

পেচকার—ইপা হাওব! নহাক্কি কনানো? করি হায়রিংই? করি খুন্দগীনো ?

খুল্লাকপা—হাজুর! নমাই হাওব ঐহাকসি খম্নাং হায়বা হাওখুলদুগী খুল্লাকপনি। ঙসি তোল্লবা নমাই চীংলেনগী পাম্নী পুরিগী মরমদা য়ারম খরদং শেংদোকচগে হায়দুনা লাকচবনি হাজুর।

মাজিস্ট্রেট—উম্ এস পেচকার!

পেচকার—হায়য়ু হায়য়ু ইপা খুল্লাকপা! .করি য়াকম্নো হায়য়ু তাসি।

[মতমসিদা খুল্লাকপনা মখুৎ লোম্নদুনা মচ্ছা খমা নিক্লা, হুমাং অমপ কাংনা মপূক্লিংদা শক্তিক অকিবা পোক্লা অস্থুম্না হঙ্গচ্চে]।

খুল্লাকপা—হাজুর! মনাই চীংলেনসি চীংবুমোই মচা নত্তে। থাঙ্গৈশেংবা ঙম্মুমোই মচা অমনি। মতম অমদা খোবাল

কিয়াম সিফাইদগী, থম্লাং চীংজাওগী ঈশিংখোং লোক্তুং অমদা পাম্বা কৈজাওনা শোক্লুনা শিখিবা (য়াইবী মথবায় চুপখিবা) ইচানুপা হেড মাষ্টারসিগীদি চান্নজখ্রবা মরুপ নবকিশোর, যামিমী হায়না কৌবা অনিতুগী মপাখিনি হাজুর! ননাইসি চহি ৬/৭ কী অঙাং-নাবা ওইনা থম্নর্মনি। (লৈংবৈবনি) মতম অদুদগী ননাই হাওব খুল্লাকপনা, লেম্না মাওহন্নিংদবদগী ননাইগী পায়ী পুরি কনা অমতা খুঙহন তাহন্দনা য়াম্না নুংশিজনা—খোম্মে খোমদোলগী ইচা শক্না য়াম্না থানা মহৈ মশিন, লাইরিক-লাইগু তমহন্দুনা চায়োক-নাওয়োকচরকপনি হাজুর! অদুদগী লহালতা মখোইগী বি,এ, হায়বা লাইরিক্তু পাশ তম্লে হায়দুনা চিঠি অমখক পীরকই। মদুদগী ইথবায়-সি চরাওমনখিদুনা ইচা মুপা হেড মাষ্টর অসিদা মিংথিনা থারী থাখোঙ তৌরগা মচাগুম থমজরো হায়না শিন্ন থিরুরগে খন্দুনা লাকপাসদা থোইদোক্না লাইবক খীবা অর-বতুম ওইররেনে হাজুর। মসিগুম্বা থোদোক অাসবু অহল ওইরবা ননাই হাওবদি য়াম্না নুংঙাইতবা ওইথরে হপুকাসি। অতুনা হায়ফম খুঙদরে। তাহবংবানাস ইমচগুম থল্লেদো ঙসিদি।

মতমাসদা, থম্লাং খুল্লাকপগী থারী থাখোঙসি মাজিষ্ট্রেটকী মপূক্তিংদা শোয়দনা অচুম্বা থাক্তম ওইরমগনি অমম্তুং খুল্লাকপবু য়াম্না মীপুংাশ খঙবা অমদি মপূকচেল চাওবা মীশক অমান হায়না হাজনা লোরম্মী।

মাজিষ্ট্রেট – উম এস খুল্লাকপা !

মতাংসিদা শ্যামা, চৌংলেন, কুমারী য়াম্না ওক্না থোকই অমসুং খঙহৌদনা মপূক্লিংদা মুংশি-মুংনলবগা লোয়ননা তুজুং-মাপ্তুং ফংলকই। অদুদগী খুদক্তুদা চৌংলেন্না খুল্লাকপদা কোনশিল্লগা য়াম্না থম্মোয় শোক্না কপ্ল-কপ্লদুনা অম্মম্না হায়রকই :—

চৌংলেন—আঃ ইপা ! চৌংলেন এসিবু মগা নত্রবকো ? আঃ হঃ হাঃ হাঃ ··· ··· মরম করিদগী মতম অসুক কুইরবসি ফাওবা নচা চৌংলেনবু খঙহনবিদবগে ? আঃ ইপা ! ওসিদি, নচাবু আঃ হঃ হাঃ হাঃ ·· ··· আঃ ইপা !

মসিদা খুল্লাকপসু থম্মোয় কায়নিংঙাই ওইখিরম্মী। অদুদগী হায়রকই : –

খুল্লাকপা আঃ ইবুংঙো ! ইপাগী চৌংলেম ! ইপাবু বারোৌগনু। মসি খোইয়ুম মাগী নোংদমখেন্দগী থোকখ্রবনি। অদুনা ইপাবু বারোৌগনুকো, ইপাগী চৌংলেম ! আঃ ··· ··· হঃ হাঃ হাঃ ··· ··· ওসি ইপা হায়রবা খুল্লাকপবু বারোৌরগনুকো, ইপাগী চৌংলেন !

[চৌংলেন, খুল্লাকপা অনি কোনশিন্নদুনা য়াম্না থম্মোয় শোক্না কপমিন্নরকই ]।

মাজিষ্ট্রেট—এস ওর্ডর ওর্ডর।

পেস্কার—অমুক্তা তুপিন্না লৈবিয়ো। অমুক্তা কপ্ল—লাউনবা—তোকাপখো।

শ্যামা—আঃ ইপাগী চৌংলেন ! ইপাসু খঙদবনি। ইপাবুসু

যাযৌবা, সুংঙাইতবা তৌগনুকো। আঃ হঃ হাঃ হাঃ......

ইপা খুল্লাকপা! করি ধর্ম্ম কৌবগে? আঃ... ........

[ শ্যামাসু হিক্লা হিক্লা কল্লকই ]।

মাজিষ্ট্রেট—উম্ এস, এস হেড মাষ্টার!

পেচকার—মথা চত্থবা য়ৌরোইদৌরে। অমুক্তা ঙাইনীখো ঙাইহাক্তা তুমিন্না লৈবিখো হেড মাষ্টারজী।

[মতমসিদা কপ্প-লাইনবা তোক্লখ্রে। অমুক তুমিন তুমিন্না লৈমখ্রে ]।

পি,আই—অদুদি ইপা খুল্লাকপা! অকায়বা মরম করি লৈদুনা মিষ্টর চীংলেনবু করিগী থুপ্তুনা শম্বিখিবগে? মরমদু য়াম্না শেংনা নিংথিনা অমুক্তা হায়বীয়ু।

[খুল্লাকপা মথুং লোইরে]।

খল্লাং খুল্লাকপা—হাজুর! মতমদুদা, মনাইগী পাগী পুরিসি হক তাকথোক্লুরগা মৈতৈ সমাজগী পল্লুদা মপী মপা লৈত্তবদগী অঙাং নাবা ওইনা মনাই চীংলেনসি খাংমু থক্লা কেমশিগদ্রা অতগা খল্লাংগী ইথুলসু তুম্না অবাবা দণ্ডি ফংগদ্রা হায়বগী কিবনা, মনাই হাওর খুল্লাকপগী ইপুক্ত চিংনদুনা তাকচখিদ্র বনি হাজুর! মসিগীদমক ঙাকপীফম থোক্লবা তেল্লবা মনাই হাওর খুল্লাকপগা ইরালসি অমুক্তা থোজানবিদুনা, ঙাকপীয়ু, অমুক্তা কনবীয়ু। হন্ন হন্ন সলাম তৌজরি হাজুর!

মাজিষ্ট্রেট—উম্ এস খুল্লাকপা! অদুগ মসি ফাওবদা হেড মাষ্টারগী করি ওপিনিয়ন লৈবিরিবগে?

মতাংসিদা হেড মাষ্টার শ্যামানা মথুং লোয়ন্নুনা য় মোল্লুক্না হায়রকই :—

হেড মাষ্টার—য়োর ওনার! মতাংসিদা, মনাই ঐগী ওবজেসন করিমতা লৈজদ্রে। য়ারবদি হৌজিমক মফম অসিমক্তদা মনাই ঐগী অমতা ডাইজরবী কুমারীবু মনাই চৌংলেন্দা কন্যা দান পীজরগে। ডাকপীহৈবা অমদি চাননীহৈবা য়োর ওনারগী পার্মিসন য়াথং নিজরি।

মাজিষ্ট্রেট—এস হেড মাষ্টার। ইট ইজ ভেরি গুড।

[খুদক্তা রায় ইথোকই। অদুগ হৌগত্নুনা রায়দু পাথোক্লকই]।

রায়—

ইণ্ডিয়ান কনষ্টিটিউসন অনটচএবিলিটি এক্ট ১৯১৫ ইংগী মতুংইন্না চৌংলেন কুমারী হেম্লী মেরিএজ য়াগনি।

[টেবল মথক্তা রায় থম্লগা মাজিষ্ট্রেট থোকখি।]

মতমসিদা কোর্টকী হৌনবী মতুংইন্না পেচকার অমসুং পি, আইনা মাজিষ্ট্রেটতা সলাম তৌই। এল, সি কনষ্টেবলনা চুম্না ষ্টেন ইজদা লেপই। অদুগা থম্লাং খুল্লাকপা, হেড মাষ্টার শ্যামা, চাংলেন কুমারী মাবসু মাজিষ্ট্রেটতা নোল্লুক্না মথুং লোয়নজে। অদুদগী হেড মাষ্টার শ্যামানা—"আঃ ইপাগী ইবেম্মা কুমারী!" হায়না কুমারীগী মথুং খুজেং পায়রগা চৌংলেন্দা "ইবুংভে চৌংলেন! হৌজিক ইপাগী অমতা ডাইজরবী কুমারীবু মংতোন্দা শিন্নরবনি। ইপাবু য়াবোগন্নুকো।" অসুম হায়না মপুক্কিং য়াম্না সুংশি-সুংশন্ন-কুমারীবু চাংলেন্দ শিন্নে। মতমসিদা চৌংলেন কুমারী পিরাং-পিরোইনন্না

শ্যামাদ চপ মান্নবা থুরুমজে অমস্তুং মুংঙাইবগী ঈপাক্তা মুংশি মুংঙম্ন হরাওমিন্নজে। অদুগা মতমসিদা লৈহৌরিবা কোর্টকী অঙম অথোশি অদুস্তু মপুক্লিংদা য়াম্না মুংশিবিবগা লোয়নবা অঙকপা অমদি হরাও মুংঙাইবগী ক্লেপিং পীনরকই। মতাংসিদা খুন্নাংগী খুল্লকপগা হেড মাষ্টার শ্যামাগস্তু কোম্নরগা "মপুগী থৌজান্নি" হায়না মুংশি-লেংঙন পীনখি।

মতৌ অস্তুম তৌনা মুমিৎ অসিদা. চৌংলেম তম্বুরোই শীংদা চকখ্রে। খুন্নাং খুল্লাকপগী নিঙবস্তু থুংখ্রে। শ্যামা সখিগী অবাবস্তু কোবখ্রে। অদুগা চৌংলেম কুমারী অনিগী মরাঙনক ফবস্তু ওইখ্রে। অদুনা পুন্নমকসি মেংমদি শোয়দনা তুংগী মনিপুর সনা লৈবাক্কী ইতিহাসত ফজন শেংনা ময়েক লানা য়াওরকপা মতমদা মীপুম খুদিংমক্না ঙান্না উনবীরসনু।

লোইরবা

# চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২ | ১০ | শেক্লিং | শোক্লিং |
| ৫ | ১৭ | হৈ | হে |
| ৮ | ২ | চীংলেম— | চীংলেম + |
| ১০ | ১০ | শংথারবী | শীংথারবী |
| ১২ | ৩ | সিষ্টর | মিস্টর |
| ১৩ | ৪ | লাক্রিদা | লাক্নিদা |
| ১৬ | ১৬ | সখি | সখি— |
| ১৬ | ৫ | পপরক্ত | পেপরক্ত |
| ১৮ | ৩ | শুজিল্লক্লেদে | শুজিল্লক্লেদো |
| ২৪ | ২ | ইকায়াখাদ | ইকায়খিনি |
| ২৪ | ৭ | রাবৈ | রাবৈ— |
| ৪ | ২০ | ছায়ার | ছায়রি |
| ২৪ | ২১ | থাজিন্দুনা | থাজিন্দুনা |
| ২৪ | ২০ | চীংলেনস্থ | চীংলেমবুস্থ |
| ৩৫ | ৩ | 'কোন | ’কোম |
| ৩৫ | ২৩ | মুংদ | মমুংদা |
| ৪০ | ৪ | র'কি | র।কং |
| ৪০ | ২১ | চরবা | চরবদা |
| ৫০ | ২ | থে রুগান | থোরুগনি |
| ৫০ | ৫ | থম্মোয় | থম্মোয়সে |
| ৫০ | ৬ | কায়খ্রবোই | কায়খবোই |
| ৫৭ | ৯ | অপোংকী | অপেংকী |
| ৫৭ | ১৮ | হায়রিবনি | হায়বিরিবা |
| ৫৭ | ২০ | ওইথোক্কবনি | ওইথোক্কবা |
| ৫৮ | ১২ | শন্দোকপীনু | শন্দোকপীমু |

# চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অয়ানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৫৯ | ৩ | চীংমীসে | চীংমীসে, |
| ৬০ | ১৪ | লোইবী হায়বা | লোইবী খল্লাং হায়বা |
| ৬১ | ১২ | সিস্টর | সিষ্টর কুমারী |
| ৬২ | ১১ | উরদা | উবদা |
| ৬২ | ২২ | কমদোবা | কমদোবা ? |
| ৬৩ | ৭ | পায়ম্বগী | পায়ম্বদগী |
| ৬৩ | ৮ | য়াওরিবনো | য়াওরবনো |
| ৬৩ | ২০ | য়াওরিবনো | য়াওরবনো |
| ৬৩ | ২২ | হাই ইমা | হোই ইমা |
| ৬৪ | ৬ | কেথেন | কৈথেন্দা |
| ৬৪ | ৭ | তৌরমগবনে | তৌরমগবনো |
| ৬৪ | ১৩ | চীংলেনগা | চীংলেমগী |
| ৬৬ | ৬ | চোংখি। | চোংখি, |
| ৭০ | ১০ | তম্না | তম্না |
| ৭৩ | ৬ | মুজ | মুজা |
| ৭৪ | ১০ | খল্লুবা | খল্লুবদা |
| ৭৫ | ৫ | বাখ্রেদা হাওবদি | খল্লুবদ বাখ্রেদা হাওবদি |
| ৭৫ | ১৫ | লেমলুবা | লোমলুবা |
| ৭৬ | ৯ | বারেদো | বারিদো |
| ৭৮ | ৫ | খুজোং | খুজেং |
| ৭৮ | ১৪ | খুজোং | খুজেং |
| ৭৯ | ২ | বারম্মী | বারম্বী |
| ৮০ | ৫ | কোথোক | কেথোক |
| ৮০ | ৬ | হায়রকই | হায়রকই । |
| ৮০ | ১৭ | কেবাও থাকপা | কবাও থোকপা |

# চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৮৪ | ৭ | লোক্তুনা | লোত্তুনা |
| ৮৪ | ১০ | ইমোল | ইমোম |
| ৮৫ | ৪ | মুংশিৎ পীংবুম | মুমিৎ শীংবুম |
| ৮৫ | ৮ | পংব | পংবা |
| ৮৫ | ১৪ | মুংশিংকী | মুংশিগী |
| ৮৫ | ১৪ | হাপকৎলকহ | হাপকৎলকই |
| ৮৫ | ২০ | পাঙথোক্লবা | পাংথোক্লবা |
| ৮৫ | ২০ | ভাওরনা | ভাওরদুনা |
| ৮৬ | ১৭ | হুনাও | হুইনাও |
| ৮৬ | ১৭ | লৈতেল | লৈতোল |
| ৮৬ | ১৮ | শেয়দবনি | শোয়দবনি |
| ৮৬ | ২০ | অসিমক | অনিমক |
| ৮৬ | ২০ | পীথোক্লবগী | পীথোক্লবগী |
| ৮৬ | ২১ | লবয় | লবায় |
| ৯০ | ১ | ওবজেসন | ওবজেক্সন |
| ৯০ | ১০ | কনষ্ঠিটিউসত | কনষ্ঠিটিউসন |
| ৯২ | ১৯ | বাণোঙসি | বাখোঙসি |
| ৯২ | ১৯ | মাজিষ্টেটকী | মাজিষ্ট্রেটকী |
| ৯৩ | ৩ | মুংমলকপা | মুংঙমগা |
| ৯৩ | ৬ | মচা | মচা |
| ৯৩ | ২০ | তুম্নি | তুমিন্না |
| ৯৪ | ১২ | মথুং | মথুৎ |
| ৯৫ | ৩ | ওবজেসন | ওবজেক্সন |
| ৯৫ | ৬ | চানমীহৈবা | চামবীহৈবা |

ফংফম :

ও: কে: ষ্টোর

পাওনা বাজার রোড, ইম্ফাল।

অদুগা

অতৈ লাইরিক যোনফম দুকানশিংদসু অদুম ফংবিগনি।